


# ꯏꯃꯩ ꯅꯠꯇꯦ ꯇꯧꯔꯥꯅꯤ

## ইমৈ নত্তে তৌরানি

### ꯖꯇꯤꯁꯣꯔ ꯇꯣꯡꯕ꯭ꯔꯝ

### জতিশোর তোংব্রম




মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ
বিষ্ণুপুর ডিষ্ট্রিক্ট ব্রাঞ্চ, বিষ্ণুপুর



**'IMEI NATTE TOURANI'**
A collection of Manipuri poems by
Jatishore Tongbram (C), Thanga, 2014

অহানবা ফোঙবা :- মে, ২০১৪ ইং
অফোঙবা :- মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ,
বিষ্ণুপুর ডিষ্ট্রিক্ট ব্রাঞ্চ, বিষ্ণুপুর
নমফম .- সোরোখাইবম পেন্টিং এন্দ প্রিন্টিং হাউস
বিষ্ণুপুর ফোরেষ্ট গেট, বিষ্ণুপুর, ৭৯৫১২৬
মখুম যেকপা :- দেবকুমার লাইশ্রম, বিষ্ণুপুর।
কোপি মশিং - ৬০০
মমল :- লুপা ১৭৫/- (মখুম অপাবা)
লুপা ১৯৫/- (মখুম অথাবা)
ফংফম .- মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ, পাউনা বজার, ইম্ফাল,
মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ, বিষ্ণুপুর ব্রাঞ্চ,
অইবগী যুম।

অইবগী হান্না ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং :-
(১) কংশিনখ্রবা থরাযগী ঈশৈ (শৈরেং), ১৯৭৯ ইং
(২) অঙৌবা মচুগী অতিয়া (শৈরেং), ২০১১ ইং
(৩) মিরাং অমসুং তিংখং (শৈরেং), ২০১২ ইং
(৪) লোক্তাক শৈথাবোল (খণ্ড কাব্য), ২০১৩ ইং

# কচ্চরি

লৈখিদ্রবী ইমাগী মফমদা



পুখ্রম্বম নিংঙোল তোংব্রম ওঙবী ৺মনিতোম্বী দেবী

(লৈখিদবা নুমিৎ : তাং ১৯।০৬।২০০৯ ইং)

# সেক্রেটরীগী ৱাবোল

খৃ কুম ১৯৯৪গী ফেব্রুৱারি তাং ১৩দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, বিষ্ণুপুর ডিষ্ট্রিক্ট ব্রাঞ্চ, বিষ্ণুপুর, মনিপুরগী অইবা অমসুং ঐখোয়গী নাৎপু যোকখৎচবা পামজবা অহল নহাশিং পুনশিন্দুনা লিংখৎখিবা সংস্থান অমনি। চহি কুন শুবরকুবা সংস্থান অসিগী অইবা/অইবীশিংনা ঐখোযগী লোল অমসুং নাৎকীদমক ভসিখাওবা কৎথোক্কুনা লাক্লি। চহি অহুম/অহুম কান্নবগা চহি খুদিংগী লেপ্পা লৈতনা মণিপুরগী অইবশিংনা ইবা অফবা লাইরিক খনগৎলগা সনাগী মেডল, সাহিত্যগী মনা অমসুং জিলাগী থাক্তা পুং ঈশৈ শেলগী মনা কযা পীরতা নত্তনা চহিগী চেফোঙ "ঈশিং চাইবী" লেপ্তুনা পুথোক্তুনা লাক্লি। মণিপুরী লোলবু মংলমগী চাউখৎলবা লোলগী থাক যৌবা ভম্লবা সংস্থান অসিগী অইবা/অইবীশিংনা লেপ্পা লৈতনা হোৎনরি। মতম মতমগী ওইবা সেমিনার, সিম্পোজিয়ম অমদি শৈরেং শৈদিন্নবা কযা লমদম অসিগী মফম কযাদা পুথোকপদা নত্তনা সংস্থানঅসিগী মাৎযেং মখাদা উপন্যাস, ৱারীমচা, শৈরেং অমসুং ৱারেং লাইরিক কযাসু পুথোক্লি। লমদম অসিগী (বিষ্ণুপুর ডিষ্ট্রিক্ট) পুং ঈশৈদা থৱায থাডবা ওজাশিংবু পুক্লিং থৌগৎপা অমসুং শকখঙবা উৎচবা ওইনা চহি অনী অনী কান্নবগা শেলগী মনা পীরসু তৌজরে।

ব্রাঞ্চ অসিমক্কী পেট্রোন মেম্বর ওইনা লৈবানিবা থাঙ্গা ভারমগী জাতিশোব শর্মা ব্রম থৌনা হনবা লৈতনা কলমগা মরুপ ওইমিন্নদুনা মণিপুরী লোলসিগাদমক কৎথোক্লুবা অইবা অমানা।

অইবা আসিনা খুদোল তশ্নীবকখিবা শৈরেং লাইরিক অহুম ব্রাঞ্চ অসিগী বেন্নব মখাদা ফোঙথ্রবা মতুং হন্দক খৃ কুম ২০১৪ গী ওইনা মরীশুবা খুদোল ওইনা তশ্নীবক্লিবা "ইমৈ নত্তে তৌবানি" হায়না মিংথোনবা শৈরেং লাইরিক অসি থাবগা ব্রাঞ্চঅসিনা ফোঙজবা লাইরিক ৪১ শুজরে। তুংদসু অইবনা হোৎনবা লেপ্তুবগা লোয়ননা হেন্না মগুণ লৈবা লাইরিক মখা তানা পুথোক্কপা ওইবসনু হায়না তাইবং মপুগী মফমদা থৌনিজবগা লোয়ননা শৈরেং লাইরিক অসি লোলবু নুংশিবীবা অপাবা খুদিংমক্কী মফমদা শিন্নজরি।।

তাং ০২/০৫/২০১৪ ইং।

লমাবম তোমচা সিংহ

# অইবগী ৱাবোল

অহানবমক্তদা মীলালগী মফমদা ঙাকপি-ৱাবোল খবা থমজবি। মালেমসিগী শিথবকপা অমদি মৃৎখিবা যাবা লোলশিংগী মরক্তা মণিপুরী লোলসু যাওবকপদগী মিপাইনববা মতমসিদা চেকশিন থৌবাং ওইনা লোলযান থিংবগী খোঙজং লৌবীবকপদা ইকাইখুম্নবা উৎচবি। ইশাগী লোলশেংবুনা লৈবোন চনশিনখ্রগা লোলযান ৱাহৈ কযানা লূ তোংদা মবা তাশিনখিবদগী হৌবক্লিল ঈহৌ অসিদা ইনিংবা ফোংনিংবা কয়া অফা-অপুন্নবা অমা লৈবগুম তৌবকই Language Directorate না অশেংবা লোলগী লাইরিক (Dictionary) অম ফোঙদ্রিফাওবা লাইরিক অমত্তা ফোঙখিবোইসিনা খল্লুই, অদুবু ঙাইঙমদে অইন ওইনিংবগী অঙাওবা ৱাখলনা। যাজিনবা ঙমদনা অদুগুম্না অঙাওবা ৱাখল অদুনি। ল ইরিক অসি ফোংহনখিবা। যাবিবমখৈদি ইশাগী লোলশেং শিজিন্নবা তোংনই অদুবু শৈরেংগী ৱাহল্লোক অদু লাইথেননা চৎখিগদ্রা খনবদগী লোলযান অনা অদুম যাওবমগনি, ঙাকপিগনি। এদি লোয়নাশিল্লোনগী ছাত্রসু ওইবক্তবনা ৱাহৈ পুক্কি খঙবসু ৱাংলি, অনৌবা লোলশেম পুথোকপসু ইতিক ওইজদে অদু লোলযানগীদমক ঙাকপীগনি।

মতমগী নোংলৈসিনা খন্নাইগী লোনচৎশিংসিনা ঐগী পুক্কিংবু মরোল থোকহল্লি। যেংদুনা তাদুনা খাঙদুনা লৈবা ঙম্লক্তে। ঐদি মীচমনি, চেৎলিনা ঈচেলসিদগী নাথেদুনা অনৌবা মঙাল অমা শেমজবসু ঙমদে। ঈচেলসিদা ... ওইনা পুক্কিংদা হৌবকপা ইপোমশিংদু পাউদমজবনি অৱাবগী শাউনিংবগী অমসু নোকনিংবগী। কপ্লিংলকপসু যাওই কবিগুম্বদনা। অসুম্না মখল মথেলগী শৈরেংশিং মিতমলকখি, ইপান থানিংলকখি, মীৎমাঙদা উৎনিংলকখি অশেংবা শৈরেং ওইববসু ওইদ্রবদু। অসিনি অইবশিংগী অঙাওবা ৱাখল হায়বদু। অমুক্না ৱাদবা ঙম্লক্তে, শৈরেংগী মীনপাও শৈরেং কয়া পানদ্রবা মতমসিদা কনানা মহাও তাবীগনি হায়না। ৱাখললোনসিনা নীংহন্নবকপা মীৎকুপতা ইকাইখুম্নজববা ওন বাজমনি নোংথোনবা (শিলং) গী লাইতেনা থৌনা হাপখি লেপ্তুনা ইয়ু, ফোঙ

হাযনা। শৈবেং পামজবিবনি হাযদুনা চহি অমদা শৈবেং লাইবিক অমমম মীবক তিনবা ঙমদ্রিফাওবা পুথোক্কনি হায়বগী পান্দম থমলুবসি ইকায-খঙদবগী কঙ কোৎপা তাবকই, মবমদি শৈবেং ইবসি লাযবমদ্রে। কঙ কোৎলবসু কোৎনা কুর্মাসি চহিগীসু শৈবেং লাইবিক অমত্তং পুথোকচবগনি খনবদা নুংঙাইবদি পোকচৈ। ঐগী অশোনবনবা খঙদে-শৈবেং ইবদা লোৎশিন্দুনা হাযবগী মহুত্তা দোং দোং হেক্তা হাযনিংলকপগী হৈনবীসি থাদোকপা ইঙম ঙমদে।

অনৌবা মতমদা ইবা শৈবেংশিংনা লাইবিক অমা পুথোকপদা মপূং ফাদবদগী অবিবা চিথহৌবা শৈবেং খবসু হাপচখ্রে। লাইনিক ওহ্লোকপদা অচৌবা থৌদাং লৌবীখিব' SPPW Press, বিষ্ণুপুবগী ইনাওশিং, ফোঙবগী থৌদাং লৌবিখিবা বিষ্ণুপুব মশাগী থৌনিশিং মখুম যেকপিখিবা ওঝা দেবকুমাব লাইশ্রম, বিষ্ণুপুব ওয়ার্ড নম্বব -৮ অন্দি বনাগী তাথোক তাশিন তৌমিন্নাখিবা নূংশিজববা ইনাও শবৎচান্দ খিং মগী তৌবিমল কাউজবেই।

ঐগী মঙাশুবা শৈবেংগী লাইবক মীমগী খুত্তা শিন্নজবি।

# যাওফম তাকপা

| কবি যাওবি? | | কবম্বা লমাযদা? |
|---|---|---|
|  |

# ꯏꯃꯩ ꯅꯠꯇꯦ ꯇꯧꯔꯥꯅꯤ

## ইমৈ নত্তে তৌরানি

# ইমা

ইমা !
পলেম নংগী মিংখৈবোলসে
লৈযেংদা অসুম তোংদুনা লৈবে
পকশিন্দুনা লৈবেনে
শেংন-খাইন ঙমদমখৈ ।
চংখ্রবোই খল্লুই 'সুম্নমক লৈবক্মী
তামখ্রবোই নীংলুই 'দুম্মক উবকই
নংগী নিংশিং মৈবি অসে
হেল্লকলে মঙাল কুইব কুইবগা
হেল্লকলে হেল্লকলে, অসুম হেল্লকলে ।

ইনুং শোবা তৈবকপা খুদিং
শুমাঙগী তুলশি মখোঙদা ফম্না
যাকাযবোল শকপবা ইমা নংনা ?
কোবৌনা নাবল ব্রাযখিদুনা
অমম্বগী ফিজঙ খল্লকপদা
হবিনা নিং নিং খোংলক্লিবা
ইমাগী থব্রায মিরেলদুনা
নচাশিংবু মিকোন থাগোনববা ?

শজিবু চৈবাওবা নুমিত্তা
থোঙ্গালগী মথেল লুক্কোযলক্তা
লাকখিববা হাযযু পলেম নংনা
নচাশিংগী যাইফ থৌনিনবা ?
কালেন থাগী লাই হবাওচৈ
ইবুধৌ ইবেনধৌগী লাইকোন্নুংদা

ইমৈ নত্তে তৌবানি/২

নোংঙাল্লমদাই মতমগী
চিংখৈ ফিদুপ হুনবফাওবা
অহিং মিংশেল খাঙবমখৈ
পেনা চৈজিংগী মিববা খোঞ্জেল্লক্তা
ইমা মাইবীগী লৈযেংদা তোংদুনা
নুংশিনা নাউশুম শৈহেকলকপা
নাউশুমলিববা হাযযু ইমা নংনা
নচাশিংগী ইবাৎ থৌনিদুনা ?

কুমগী নোংজু অহানবগী
ইঙা নোংনা কুমদমঙৈদা
শুমাঙ–থেল্লোংদা, মাঙ্গোল নাকচিদা
মালংনা লিবি হুর্মজিল্লকপা
লাক্লিবোইবে ইমা নংনা
নচাশিংবু চেজেৎনা নাউকোন্নবা ।
লাংবন থানা লাকপদা
লাইজ–ঈকোমদা পাৎকী ঈবেলদা
খম্নুং থোংঙাবেল মশাইকোন্দগী
থরায মিবেলশিং কৌবদুনা
হৈশোই–লৈশোই কৎঙৈদুদা
লাইজনা ইপোম হৌবকখিবা
খোইকম মোমোন্নবক্লিবোই ইমা নংনা
নচাগী চেংলৌ শকতম যেংনা।

হাযযু ইমা !
কোবৌ মৈশানা মৈব্রাযবকপদা
ইংখোলগী ব্রাংল' পামেলথক্তা
লমখুনুনা কুক্রু খোংলক্লিবা

লাক্লিবোইদো ইমা নংদি
অবাম-খৌবাং খৌগংননা।
লাংবন নুংশা ময়াক চমখিদুনা
শবৎ খাতুনা খোঙদোযবকতৈঙ
সনাবৈ চবোংনা ফূগাযনা শাৎ
মোমোন মীনোক তল্লক্লিবা
নহাক্কী মোমোন্ন' মীনোক নৎত্রা
হিযাঙ্গৈগী নিঙোল চাক্কৌবদা
পূল্লবনি হাযনা নচা নিঙোলশিং।
গোবর্দ্ধন পূজাগী অযুক্তসু
খোম্লৌবী ষনবীনা ষনগোন্নুংদা
সনাবৈ পকেংঙক্তা শিদুনা
'হম্মো হম্মো' খোংলক্লিবা
কৌবক্লিবোই ইমা নংনা
নচাশিংবু খোম্লাং পীথক্লবা।

যুমগী শাইজিন শাইযাদা
শেন্দ্রাং শেন্দ্রাংগী লোইশোল ঈশৈ
ইংখোলগী উতোন-ৱাতোনশিংদা
চোংঙা তেনৱা লমখুনুনা
মপুগী মিংথৈবোল শক্লকলিবা
খঙলে নংগী যাৱাখোন্নি
নচাশিংগী যাইফ-থৌনিবগী।

ইমা।
হাযযু হাযযু অমুক্তা হাযযু
চৎঙমদ্রবোইকো পলেম নংদি

ইমে নত্তে তৌবানি/৪

নচাশিংগী সঙ্গায় থাদোক্লুনা
থম্মুং মাগী মশাইকোন্দা ।
লাপথোকপা ঙমদ্রবোইকো ইমা নংদি
নংগী থবায় নংগী মিবেলনা
নচাশিংগী নমৌশিংগী নশুশিংগী
নুংশি থৌবীদু থদত্তুনা ।

পোইনুগী লৌবোক পাছাদসু
পোদোনগী মৈবিনা ধূপকী মৈখুনা
থেক্ল-খোযনা জগোযবকপা
হবাওবোইদো ইমা নংসু
নচাশিংগী ফৌগৈ চোল্লকপদা ।
রাকচিংগী উল্লেন্না লান্দাবকপদা
নশুশিংনা থক থক নীকলকঙৈ
ইংখোলগী উনা রানাশিংসু
মত্তু ইপোন পোনখিঙৈদা
কপ্পমবোইবে ইমা নংনা
লিক্লাগী পিবাং শিচ্ছবদুনা
নচাগী নশুগী হৈপাল লৈপালগী
নাউকোনবা ঙমদ্রে হায়না নখানুংদা ।

যেংউ ইমা !
শকউদ্রবী নংগী নাউশুমদুদা
নংতগী নুংশি ফিজঙনুংদা
যাতাবিনে ঐখোয পূম্বদি
পলেম নংগী মিংখৈবোল শক্লুনা ।

পাইবক্কে য়েংওই ফাইবেলগী লৈচিল
য়েন্নীংথাগী মপাউ পুবদুনা
মালেমসে মালহৌনবক্কনি অমুক ।
ইংখোলগী চিগোংলৈ মপালনা
হৈনৌ মপাল হঙ্গাম মপাল কুন্দো মপালনা
নাচোম লৈবাংবু শেন্নদুনা
কৎচগেকো নখুযাখাদা
ইমা নংগী থব্বায মিবেলদুনা
নচাশিংবু নাউকোনবগী কুমজা চৃপ্পা ।

ইমা '
লেঙদনা লৈযুকো মফমসিদা অসুম
মপোক মপোক খুদিংমক্তা
লাংগুন শাইওন পুন্নমক্তা ।

তাং ১৯-০৩-২০১৩ ইং ।

ইমৈ নত্তে তৌবানি/৬

## চেবাপুঞ্জি চীংদোম্দা

ওদ্ধোক্রসু মঙাও থীখ্রেদা
মেঘালযগী লৈচিল নংসে!
লল্লানবা ঐবু লক্কবিবা
মিৎমাঙদা ফিজঙ খল্লদুনা
রাখলগী মিৎলম থৈববিবা
পৃক্রিংগী খুর্জী পাযবদুনা
মঙলানগী দোলাই তোংহল্লিবা
হাযযুনে ঐবু শকখঙববা?

নুংশি খঙদবা কনানবু
লাক্কমগনি চীক্রা মফমসিদা
মৈচাক পুদবা থম্মোযনবু
যেংলমগদ্রা হাযযু নংগী শক্তম?
হাযযু হাযযু, হে লৈচিল!
পৃক্রিংগী রাবু খঙববা ঐগী
রাখলগী ফিজি চিংলদুনা
কাইহৌবিবা ঐবু হঞ্জন হঞ্জিন?

মফমসিগী চীং তুবেল
উমং বামং হৈপাল লৈপাল
মালংগী শাহুম ঊনাগী জগোয
যাওবমদেনে অমত্তসু
পৃক্রিংগী ঈথক হৌহন্দবা।
কবিগীনোনে লৈচিল নংনা
নপাং শঙ্গু খোমলদুনা
মীবানচা ঐবু কাইহৌবিবা?

মকুই নুংওন চীংজিনগুম্না
তাম্না উবস্না বঙ্গদেশকী
লোইজিং লোয়া লৌবুক লম্দাং,
চীংলৈমগী মশাইকোনসিদা
লেপ্লম্বা চীংজাও ভামঙাম্বা নাপোম
শুম্ফৎলবা চীংযাগী শাইনোলদনা
উচানগী শম্লাং উবৈগী নাচোম
কবিগীনো কেকু লোৎহনখ্রিবা
লৈচিল নংগী ফিজঙনুংদা ?

চীংখোঙদা হৌবস্না উচান পাম্বী
চীংচেপ্তা শাৎলম্বী চেবি মপাল
তেজপটা মনাগী খাংপোকশঙদা
চিবোন চিবোন ইতৌ যেংদুনা
লম্লানবা ঐবু লমজিংলম্না
নাবক মোংশোং নুংফাল পবেং,
ইকো পার্ককী থোং নম্নোনবী
লোৎহনখ্রেনে লোইনমক
লম্লানবা ঐশা মিৎমাঙদগী ।

লাকচবনি ঐদি ময়মসিদা
পূক্রিংগী মৈচাক কোকহন্নবা
মৈরাযববে অমুক ওন্থোকপনি ।
লৈবোন চনখ্রবা নুংশিবনা ।
রাখলনা পাইবি অসুম পাইবি
লৈচিল নংগী দোলাইথক্তা
মপাং কাযনববা যক্ষগুম

অলকাপুরগী মাযগৈ তম্না
যক্ষীনি কনাগী মবানযাইদা ।

ঐনা লেপ্লিবসি কদাযদনো
রাখলনা পাইখ্রিসিনা কদোমদনো
লাইবৈপাক্কী লৈকোন্দবা হাযযুনে –
অম্ত্রাপুবদবা, যেংউনে –
তামখ্রবী মানা কদোমদা ।
খুর্মজিনখ্রবা পুক্সিগী চেনালক্তা
হিংবগী কোলুনা চপশাযদুনা
মযেক মূৎখ্রবা নুংশিবা
মৈচাক কল্লকলে নৌহৌননা ।
লৈচিল নংনা কবিগীনো
চীংচেপতা হৌবিবা উপালদুদা
কবম্বা কিশিনো কির্কবিবা,
মযোল কংলুব' থম্মোয়সিনা
কবম্বা পাউখোংনো কোঙলক্লবা '
অদুগী ঙগী রাংলেন্দুনা
ইথম্মোয মচেৎ মক্রুন
পোইবে লমদম তামখ্রবী–ও
খাঁরা খোঙ্গুলস্যু মূৎখ্রবী
লৈচিল নোংফাই মবকসিদা
রাখলগী শাখপ তোযবকপদা
শাগল তুফাং হীক্লেনে ঐদি
হাযযুনে নংবু অমুক্তদি
লমদম কৈদবু লৈবনো .. '

নীংশিংবসে মথোঙ হূক্তেদা
পূক্লিং নংসু ঙাওমল্লি ।

ওন্থোক্রসু মাযা হৈখ্রেদা
চেবাপুঞ্জিগী লৈচিল নংসে।
কবিগীনো অমুক শকলোৎখিবা
লৌনম হৈববী নুজাগুম্বা
পঞ্চিবমদাই মিৎকুপসিদা
লম্লানবা ঐবু থাদোকলম ?
পীবক্মু ঐঙোন্দা লৈচিল নংনা
মৈচাক্কী নম্বোসি যাংহন্নবা
উদ্রগ কাউবা থম্মোয অমা ।

কাংশি মথোল তাবক্লে অমুক
চীংদোন্দা লেপ্লিবা তুম্বক তুম্বক
বাম কৃষ্ণগী লাইশঙদগী ।
নোকালিকাই ঈশিং চাইবীনসু
কাযনা ঈশৈ শকলক্লে তাবো ।
নোকালিকাই ইচল নুংশিবী
নযোম শেৎনা মৈচাক্তা
তেংথাবিবোই নংদি ঙসিফাও ।
মাওসমাইগী শুকংদসু
মীবানচা শঙ্গু শঙ্গুনা
লাইবেল মথেক শাবক্লে যেংওই
কাইহৌবনু ঐবু লৈচিল নংনা ।

মাঙদা ফিবাংজি থাদুনা
য়াম্ফক তাবম্বা যাংদী লম্বীনা
তাংজ লিনগী শাথেক লৌনা
দুব্রানসিংগী লমযেংফম

কুর্বান থোংথক লাল্লগা
মাওফ্লাং খোঙ্গুল লীখবি ।
শাথেক পুবী উম্মিথু তুবেলগী
শংবান্নবা ঈচেলদুনা
চেবাপুঞ্জিগী মাযগৈদা যেংদুনা
খুৎলাম তোযনা কৌবক্কে ঐবু,
জলপ্রপাতকী ঈশিং চাইবীনসু
খোঙদোযবমখো পাউমেল্লকলি
পীবোনে বিদাই অমুক্তদি ।

লৈচিল কোকখুম্নবিবী
হে চেবাপুঞ্জি কপচেৎপী!
নংগী নশাইকোন্দুদা
লৈচিল নোংফাই উবকৈঙদা
কেলত্তৌব' থব্লায অমনা
নুংহীক্লনা কপ্লকলবা
এঙক্ত ঐগী তেংথাখোলনি ।
কৌবিবকউকো ঐবু মতমদুদা
মিকোন থাগোন্ননবা,
চৎলগেকো ভুর্সিদি ইবানযাইদা
থব্লায যাওদ্র' হকচাংগুম ।

তাং ০৪।১১।২০১২ ইং,
(নোংমাইজিং) ।

## ঈশিং চাইবা

যেংনিংদে ঐদি নংগী থনুংদা
কবম্বা তিংখং কবম্বা হূবীক
উনিংই মপানথোংগী লৈনাতবু
ঐগীসু লৈহী কংদনবা।

তিংখং যুবসু ঐগী খোঙযাদা
হাযদোকলোইহি ঐনা কনাদসু
মোমোনতা নোঙ্কে শকলোত্তুনা
মখোযসু লৈবাংতা ওইননবা ।

হূবাক্তা মৈবাক্তা তেমশিংলুবা
ইশানতা ওইজগে ঐগী শকক
মৈবিদা তাঙ্গোয ওন্দনবা
ওন্নুকো নংসু অযুক্কী লিক্লা ।

শক্তি। ভুম নখয়াং লাওথোবকপা
পীবগে ঐগী লৈজবা খুদিং
নংনসু লৈবাং ওল্লকপদা
পেনাগী ঐনা কয়াগী মতিক ।

শীংনবাই কবিসু নংগী তিংখংদা
চাইবমগে ঈশিং নংগী মৈবিদা
ঈফুৎ হৌসনু কংলা থম্মোযদা
লোত্তুনা থম্বা নংগী নুংশিবা ।

হাপ্পগে নুংশিবা খুজোক খুজোক
পেন্নাইদ নংগী ফিগাওনুংদা
নথম্মোয লৈযোন চোংলকপদা
যেন্নীংথা ওইসনু মালেম অসি ।

তাং ১১।০২।২০১৩, ইং ।

## লমন

(১)

কথোকখিবা লৈহীগী লমন
কবিগী কংখ্রি কুমওন ঋতুদা ?
শীংনখিবা ব্রাহ্মৈগী তিংখং
মহূ কল্লকই কুইব কুইবগা।

(১)

পীখিবা থৌজাল খুজোক থন্না
মমি শামখ্রে খুলং লমন।
অশাও মিৎকুপ্ত থমখিবা দাগফম
কবিগী মৃৎত্রি পোলাই ফাওবা ?

(৩)

অশাবা নুংশাম্বব হোন্দোকলুবা
উবকই মিৎমাঙদা মৈখু ডাক্তা।
অঙ্গংবা লৈনম কামথোকখিবা
মালংদা তিনখি নুংশি ঈবীক।

তাং ২৮।০৪।২০১২ ইং

## পুৰাবী

মতু-মবাং ফোযদৎতুনা
ফত্ত-হৌদি মখৈনা
লৃখাক্কোমগী মনুংদা
থমখি লাবৈ-লাথূপ ওইনা ।

অইবগী ঙাশেমথাঙনা
মতোং মখৈ মনথোক্তুনা
চাকলৃকলাদা লৈতেংহনখি
মবেক মহাও থার্কচন্দুনা ।

পুৰাবী হাযবসে
(ফিদম ৰাবী পুন্নমকসূ)
শকহোংলবা মথেল লৃক্কোয ঙাক্লি
ভুংগী চাবোন-শুবোন্না
মিতানফম ওইহন্নবা ।

মনা-মথুম হাযবসিন্দু
মিংথোল ফমথোল খুদিংমকসু
পুৰাবী মচা মচাশিংনি
নৈনবোযশিংনা শাফোওহনবা ।

তাং ৩০।১০।২০১২ ইং ।

## মনা-মথুম

মনা-মথুম হায়বা অসি
ওইবম্মী শোজৈ যেলহৌদৈদদি
ফংলিবা মহাক্কুগী
কোক্কুংগী বাক্সি হাংননবা ।

ওইবক্লে হৌজিকতদি
পীবিবা থৌশিল্লোযশিংদুগী
মতিক মঙল উহন্নবা
অলাদিনগী মিত্রংগী থাউমৈ !

তাং ৩১।১২।২০১২ ইং।

# মিংথোল-ফমথোল

চিনবালনা মিবাং থাক্লগা
রাশক পবেংনা নৈমা হূবা
তাংবলনা শগুন তৌবশিংসে
লাইরা-তিনরাগী শিনফম অসে
নৈবাক্কী সেবানি হাযবগদি
থম্মোয শেংদনা কোনশেং শাবা
নৈবাক্কী রাবদা কপশিন্নবা
রাবক কবি ঐহাকপুসু
পীবা যাইনা মিংথোল অমত্তং
নৈবাক নীংবা পাথৌ হাযনা।

উখোঙ বাখোঙ নৈখোঙশিংদগী
নাবক মোংশেং ঈঙ্গি শীৎনা
খোংবানগী পাংখোকলা ফাওবা
লুপাগী ভাঙ্গনা চাবান থাবদা
'অশৃশ্না' ফমথোল পীববদি
অমম্বদা কুচু মুজববসু
পান্ডতাক রাতা পাউজেল্লিবা
শুমাঙ লিলাগী নিংথৌ ঐসু
পীফম থোকইনা ফমথোল অমত্তং
কোনুংগী চাকলূক খুনবা যাবা।

তাং ১৪।০১।২০১৩ ইং।

## চাওখৎলোন

ৱাংনা অসুম পাইখৎলগা
লংজা অদুম ওন্নবকপা
থম্বনা ফবে শাবং মনুংদা ।
মনিং অসুম তমহল্লগা
তিংখং ঙাক্তা ওইনবকপা
থম্বনা চুমলে ঙবোংখাউদা ।
চুমথাং পবেংমুক নিংথিনগা
লমচৎনা শুকুংদা কুম্নকলিবা
খোকপনা পবে শেৎলিবা ফিসি

অবংবা মচু তৈব তৈবগা
মাল্লকলে ওল্লকলে যোং ঙাক্তা
পন্দোল লোমলে নাপল্লিবা
খাইদগী তুকচৈ থুই থুই !

তাং ১৯।০২।২০১৪ ইং ।

# ইমা মণিপুব

মণিপুব ইমা নুংশিববী '
কদোমদনো নংগী তুংলমচৎ
খন্দবা ঙমদে ইকোকসিনা
যেংদবা ঙমদে ইমিংৎসিনা ।

লৈক্রক্লা অসুম 'সুম লাওথোবকপা
মৈবিনা অসুম 'সুম মৈব্রাযবকপা
মৈবংশিংগী শাবৌ লাংদা
লাংমিং-লাইশেল কাঙলুপ মৃকপ
কদোমদনো নংগী লাইবক '

কন্নবা ঙমদ্রে শৈথাদোলনা
অনুংগী মেবা হৌচোংবগী
চমদ্রে ঙমদ্রে চিংজনবা ঙমদ্রে
লৈশেম্লোনগী তাংখুল নুবাবীনা ।
তাংশা যাওদ্রবা লৈখোর্কসিদা
কবিরু কান্নবি শাংহনবনা
শিরোই লিলি, ইঙেলৈল্লেবু,
থাম্বাবে, ক্লাকলৈ, যেকমলৈসু
লৈচিল্লবগে কনানবু
মীবমগী লোংলৈ মবকসিদা ?

ফৈদাপুংগী লৈপুংথক্তা
চেকখাযববা নীংশিং যূম্নীদুদা
লাইওইববা কংলাশানা
নোংদোল খেৎনা লাউজবিবা
তুংলমচৎকী পোইবৈ যেংনা

ইমৈ নত্তে তৌরানি/১৮

শিথনা নোক্কি উচিশিংনা
কংলাগী খোইদৌ মকুদুদা
লৈখুল হূৎল হূৎলদুনা ।
ফুকপকী লশ্মৈনা মৈরাযদুনা
খাম্বী মৈজাও ওল্লকঙৈদা
থরায লীশিং লীশিংনা
তাঙ্গোয় ওন্না কেমখিঙৈ
কপখিবগে কনানা
খোইহী চফু মনুংদুদা
ঈকুপলিবা ফমদৌশিং ?
নোংদোল পক্কা রাংলম্বা
গম্ভীবসিংহগী নীংশিং ফূবানা
মচেৎ মচেৎ কাযবফাওবা
যেংলুবগে কনানা
হী–যাইবু মুন্নবিবা
কংলাগী শাবোথ ঙাবোযশিংনা'?
পাইবা শাইনে কেক্রুপাৎতা
মচু তবেৎকী ফিবালনা
কিশি চেৎনা কিবদুনা,
মিৎকুপ অমা হৌখিবগা
লমহুইগা কৈশালগা চীক্লবকই
কৈশামপাৎকা সঙ্গাইপাৎকা
ইম্ফাল মযোন ইম্ফাল মমৈ
খুঙ্গং সহব লরায ইম্ফাল
চীংবুবোইশিং তম্বুবোইশিং।

## ইমৈ নত্তে তৌবানি/১৯

শৈশক্লিনে মপানথোংদা
চিনবাল লাংবন–খোইহী তৈনা
'ইমা অমত্তগী মচা ঙাক্লি'
ৱাংলেন মিৎকুপ হৌখিবগা
নোংদোল পক্লা ৱাংখৎনখি।
লৈম শিজ নিংথেমনুবী
অনিথোকপী মবিথোকপী
অমাং অশেং খেন্ন–ৱাখল
মচু কোক্ত্রি হৌজিকফাওবা।

ফম্বাল লান্না লাইনিং ওইবা
লংজা লম্বোইবশিংদুনা
লেপতনা হূ কামশিনবদা
মৈৱাযবকপা মৈবিশিংসে
কবম্লবু যেংলসিগে ?

মণিপুব ইমা নুংশিববী
যেংবা ঙম্লোইকো নংগী শক্তম
তাবা ঙমজবোই নংগী পাউদম
তুংলমচৎকী ৱাংলেন্দুদা।

তাং ৫।০৮।২০১২ ইং।

## ডিমাপুর লম্বী

ইম্ফাল ডিমাপুব লম্বীনা
শুপ্পগী নুমিৎ মঙানিদং
চাকখুম মপান থোকখিবদা
মৈদিংঙু পাখংবা হাকথক্তগী
মিপান তাংদনা হিংলক্কবা
ঐখোযগী ইমা মণিপুব
সনা লৈবাক মণিপুব
মণি থোকপী মণিপুব
খাঙেনফমদা তিংদম তাখি।

মণি মচুমতা থকলুবগা
খমুং শাৱা তাল্লমদাইদা
খোযদৌৱাবু শান্দুনা
খোযবী–লিনশাং শেল্লকখিব।
অথৌ লিচা হেপ্পশিংগী
মাব খোঙ্গুল লীনবকই ।

মঙদা মঙ্গ্রা তাল্লদুনা
মণি মতুম নাউখোকখিবা
লোক্তাক্কী ঈথৈ লৌখোংশিং
লৈমতাক্কী শুকং দোলাইথাবী
ৱাংবল হন্দুং লোইতাংখুনৌ
থৌবাল প্রোজেক্ট খুগা দাম
ল্যালু চোমায লোইনা কেনখি
হোত্রোং হো' হোত্রোং হোং '
মনীং মমাং হোত্রোং হো '

ডিমাপুরনা চবম মেৎলকপদা
সনানা ঈঙ্গি শীৎলকখিবা
জিবি লম্বী তোংজৈ মবিন
চীংনুংগী সনা লোক্তগী
লুপাগী ফিবাংজি থাবকখিবা
পূক্কী খোযবী শিংলী নাউবী
কত্তা মাঙ খুজাই কায !
মিৎমাঙদা ফন ফন চোংথেবকই
অমাইবশিংগী পোৎশেম লাইরা
হৈবমশ্রেদা' ঙক্কমশ্রেদা !
সনা লৈবাক মণিপুরদা ।
মীমাঙদা শাবাক ফাক্রবকই
কংলৈপূংগী লাবৈ লাথুপ পুন্না
কনাশ্রেদকো! থৌশ্রেদকো !
মনানা হৈমাং শার্বল্লিবা
পাংগী মচা মশুশিংসে ।

হে ইমা' ডিমাপুর লম্বী
নাউকোল্লমখোইবে নহাক্তনা
নংতগী খোল্লাং পীথক্তনা
তম্পাক্কী হাবৌ লাখ তবা
চীংনুংগী ছবী লাখ তবেৎ
লমগী কৌজেং লাখ নিপান
তিল্লোক মবৈ তাবগুল্লা
মণি থোকপী মণিপুরদা ।

তাং ১৫।১০।২০১২ ইং।

ইমৈ নত্তে তৌরানি/২২

## হৈরাং লৈরাং

হৈবাংনা মঙাও থীকবদি
হল্লকই হৈনৌ শেম্পাক ওন্না
লৈবাংনা লমকেৎ লমহাইবদি
পুবকই সনা লিকফাং পবেং ।

তাং ২।০১।২০১২ ইং ।

## লৈরাং খোইমু

লৈ শাৎত্রবনি মতম অসি
খোইমুসু মুশূক মুখ্রবনি ।

ঈশিং চাইবিদ্রবা গমলাগী লৈশিংনা
পুমচাই চাইবক্লি মিৎমাঙসিদা
পূকচাক্কীদমক শাৎকাযবক্লি
কৈথেল পোৎলক্তা নাবক্তা খোংবান্দা
অবংবা মচু শঙজিল্লদুনা
খল্লুবগা নুংশিনিংঙাইনি ।

মিবাংগী লাংদা থুকববা
শাগল তেক্লবা হযিংখোইশিংগী
হীকথববা মতৌবু যেংলগা
খোযশাউনববা উনাখোইশিংনা
অফং অফংবা চীকথৎলুবি
উনালক্কী লৈপোর্মশিংদা
মসিসু অকিবগী মশক্লি ।

মহৌশাই খুৎশেমবু লৈতেংলম্বা
লৈবাং অমসুং খোইমু
লৈহী অমসুং খোইহী
ওইবক্লে মতর্মসিদদি
লুখাক চগুম্না থল্লবা
অমোৎপগী চাক্তাফম
মসিনা অবাবগী মশক্লি ।

অঙাওবা মতমগী নোংলৈসিদা
চেগী লৈবাং শঙ্গুনা

## ইমৈ নত্তে তৌবানি/২৪

তিংখংগী শাযোম শেল্লদুনা
থাক্লকলি মিবাং ইঙান ঙান্না ।
মহূ কল্লবা লৈপান্নশিংনা
মিবাংশিংদগী নাথৈবক্লি
পোমলিবা লৈতবু থিবদুনা
ওঙ্হোক্লা নীংবা কাযনিংঙাইনি ।

লৈ শাৎলমদ্রে লেকোলসিদা
খোইন্নুসু অমত্তা খোযব'বমদ্রে ।

তাং ১৯।১০।২০১৩ ই.

## লাই হবাওবদা

লাইনিংথৌগী মশাইকোন্দা
নাংকী কাংখুল হল্লদুনা
'কলা' অমা মক্ক হুনখি,
'কলা' দুগী মিতমশঙদা
হাবৌ মযাম মেলৈ লাংখি।
লাইবেম্বীগী লাইবুং খুদিংদা
লৈবাক চাকহোঙ ঙাহোঙনবা
ঈনাৎ থৌনি ফিজঙ খনখি,
ফিজঙদুগী মকমদনা
হযিং মযাম চাক্তানখি।

লৈকাই অমা লাইবুং অমা
হেদো মখে লাংলিবশা
ঈবাং কৈথেল কাবিবীশা !
নোম নোম শগাই তোং
চানবা লৈত্তে তখেলথাঙ ।

ইদাইবেমশা ! অচানবীশা !
দিঙ্কো জগোয শাবসে, শাবসে
হাওসীগী লাইবাউ চেল্লসে, চেল্লসে
মমাঙ লৈকাই থম্বাল শাৎলে
খোইমু ইল্লেনে খোযবাবশিং ।

হে ইমা ! মৈতৈ লৈমা
সহবগী লৈবক কোনশাংদগী
খুঙ্গংগী চীংখোঙ চীংযাফাওবা
ঈথৌগী থৌজাল ফংববা দে
নাংকী লীক্লম উববা দে ।

তাং ২৩।০৫।২০১২ ইং ।

## অঙ্ক (১)

চিনবান্দা খাইদোকই খুৎনদি তিনশিল্লি
মাযথোঙদা যেন্নবি থনুংদা পুবিনৈ
নুংগা পানগগী মান্নদ' শুপ্লাক্তা
শুইনোতা ওইবে অঙ্গগী ফলসে।

তাং ২০।০৪।২০১১ ইং

## অবানবা পাউখোং

নোম নোম শগাই তোংলগা
অসুম অসুম ৱাংখৎনখি
ঈ কাকুবা তখেল থাঙনা
কৈশুমশঙদা কোলহিং কাবি ।

লাই খুৎশাংবীগী মখুৎশিংনা
ফিবাল চৈখোক অদুম পাযখি
অতিংবা খুৎকী খুবাক্তনা
কোঞ্জেং কোকফায মকম কোকলি ।

মিত্রং হৈবা লংজা ক্লাক্লা
ৱাযেন কাটি লেঙ্গোল্লখি
মউন খোকত্থ' হৈনৌ শেন্নাক্তা
তিনখাক শঙ্গু চাক্তাববি ।

সোবাবেলগী মচাশিংনা
থৱার্নামিচাক অদুম ওনখি
ঈবোন্নুংগী মুক্তাশিংনা
কোঙ্গ্রেংশিংগী খোইচাক ওইখি ।

য়েংনিংখিদ্রেদা লোনচৎ অসে
খৌবাংখ্রেদকো খুবাক খুনম ।

তাং ১৪।০৭।২০১২ ইং ।

## অঙ্ক (২)

অফ’ রাখলবু তিনশিল্লগা
খাইদোকখিসি অরাবদি
মিনুংশিবু পুবিনবগা
যেনথোকসি থৌজাল অতোপ্পদা।
কল্লক পূকচেলবু মূথৎলগা
অঙ্গীংবনা থমহৌসি ব্রেকেট ’নুংদা
‘লাযহল্লু’ গী অঙ্কদা তাইবংসিগী
ফল তাগনি লাইবৈবাক অমা।

তাং ১৩।০৪।২০১২ ইং।

# কুবাও মপালশিং

মোইবাল ফোনগী মমি কুম্মৈদা
মমিগী ফিথোক লিলাশিংদা
অবোনবা মীথুংশঙশিংদা যাবেকশঙশিংদা
অমদি
লম্বী চিদাইগী কেন-শঙশিংদা
ফিজঙ মকমগী লৈযোনফমশিংদা
শাৎলি কুনাও মপালশিংনা
মকু কোগোক খোক্লদুনা
অৱাংবা চাওখৎলোনগী মিংশেল ওইনা ।

চেংফুদি মিবাং থুববা
খুন্নুংগী খোউম্নু লৈপাম্নশিংনা
চবী তৎলবা কৈথেল হূইশিংনা
লৈনম্মা হাববা মালংসিদা
অফং অফংবা টীকলকপদা
ইমাইপেম্মা বিষ্ণু ! বিষ্ণু !
নোবোক ওল্লে পৃথিবীসে
সুনামি ঈথক হৌবক্লুনা ।

তাং ০৩।১০।২০১২ ইং ।

ইমৈ নঙ্গে তৌরানি/৩০

## চক্র

খোর্জৈ অমা নৈনবোয খবা
লুপ অমা শেঙ্খংলোয খবা
‘মেদল’ অমা উক উক ।

কোর্বৈবক অমা চৈঙাক খবা
মীতিন অমা খুদোল খবা
‘মনা’ অমা অওক–অথোম ।

তাং ২৮।০৯।২০১২ ইং ।

# ঐসু লৈবাক নীংখি

ঈবৈবাক্কী মঙলান্দা তাউবদুনা
চাওখৎলোনগী পোবম যাৎলিঙৈদা
অশেংবনিসু খঙদবা
অশাবনি হাযবসু তাক্তবা
মন্ত্রিগী শাইজিন্দা মহুম শাবম্বা
লৈবাকনিংবা পাথৌ অমনা
বটনা চূবাদা থোম্লকপবু
অস · অযো ইমা !
মিৎসি তন্দন পাইবমখৈ
ঐসু লৈবাক অদুম নীংখি
আকাশবিলদা জব . জব ।

চাদ থক্ত শেত্তমখৈ
থাগী তলব তূংশিল্লগা
নিংঙাই চাউবী যুমলৈমগী
সনা মকপ হুনজবকপা
শেছুং লৌবা নুমিত্তুদা
নোংমৈ মক অমখক্রা
লুখমদা নুংশিনা নম্লকপবু
হবে কৃষ্ণ ! কৃষ্ণ কৃষ্ণ !
পূকচেল শেংনা ভিক্ষা হাপখি
ইমা লৈবাক কন্ননবা
লীশিং চৎপী ওবো . ওবো ।

তাং ০৩।১০।২০১২ ইং ।

ইমৈ নপ্তে তৌবানি/৩২

## সবকাব

কোক্কী তুম্বাশিং নাবেং হূৎলগা
খাদিগী টুপিনা খুজী পাযবি
ঙাবাকপিগী মিৎনা পোবম যাৎলগা
থোঙঙাকলাইগী খুৎনা শগুণ তৌবি
লমহুই মযাম্মা লনগৈ চোম্লগা
অহাঙবা চেংফুদি মিবাং থুবি ।

তাং ০১।০৫।২০১২ ইং

## ডি : আর : ডি : এ : গী তেবিলদা

ডি . আব · ডি · এ . গী তেবিলদা
এম · এল   এ : গী হূকুমচেনা
এম : পি : গী শাজৈনা ফৃদুনসু
উকায় গৃগৃ তকলকপদা
চহিগী মচা কোকথবকপা
লোৎলম্বা পেবেৎ মচাশিংদু
মতু মমান খীংদোক্লদুনা
ফ্রং ফ্রং পাইথোক্লখি
আকাশবিলগী চেনাশিংদা ।

খোঙ্গুল অমকাও থল্লমদনা
ফাযদোক্লম্বা ফোটো মথীশিংদু
মবৈনা শৎ শৎ লেকশিল্লগা
লোযশঙগী হৌদোং লম্বোইবশিংদুনা
তকশি শোন্দুনা লৈহৌই
'অচচা–চা লাকচৈদা' ।

তাং ০৩।১০।২০১৩ ইং ।

ইমৈ নত্ত্বে তৌরানি/৩৪

## পাইরক্কী বিচার

জে এ · সি . অমা পাউচে খবা
মিৎলুগী পিবাংনা শীংবুন পুন
নিংথৌগী থোঙ্গালদা লাঙ্গোয চন
'বন্দ ব্লোকেদ' না লানবাউ চেন
পাইবক্কী ৱাযেনশঙদুদা
আইনগী থাঙশাং হকথেংননা পায
যেক্লবগী মঙক থবৎ থবৎ ।

তাং ২৮।১০।২০১২ ইং ।

## ৰাহঙ্লোক খরা

‘মীযামগীদমক’ হায়বা ৰাহৈ অসি
লুচিংপুবেল শাবশিংগী
চিনফা পুববা শুপ্লাক্লি
খোই মহুম লোক্লনবা ।

‘ঈবৈবাক্কীদমক’ হাযবা মন্ত্র অসি
মাযখুম অমনি ফূকপশিংগী
উপশিন্দুনা লাইৱা কামশিল্লগা
মীয়ামগী থৌজাল ফংননবা ।

‘ফজবা শুঙ্কৎপা’ হাযবসিনা
ওযগী লমদাং ওইবীশিংগী
মিত্রংগী মিবাং অমনি
চবাংশিংবু থম্মায়নবা ।

‘অচুম্বা’ হাযবসি ৱাযেনশঙশিংদা
নমথিববা খোঙমোজা অমনি
শেগাযদুনা লংথোকপা ঙন্বশিংদা
গান্ধী মকোক চবুন চবুন্না
যোৎচাবীগুম তপ তপ নপশিল্লকপা ।

‘অচম্বা’ হাযবসি মতমসিদা
পুন্দুনা থম্বা বলিগী হামেংনি
ঈ তৈববা থাঙপাকশিংনা
মতিন কূৎ কূৎ যোৎনবিবা ।

তাং ১৩।১০।২০১২ ইং ।

## তুলশি

মতমসিদা তুলশি ওইবসিদি
খোঙয়া উফুল ওনগেতনি ।
অসি হায় হাযদুনসু
লীশিংলক ইথিন পীদুনসু
তুলশিতা ওইগে মপোক খুদিং
ঈখেংগী মনম কোক্লনবা ।

তাং ৩০।০৯।২০১২ ইং ।

## বন্দ ষ্ট্রাইক বোম

যুমগী ইমানা শিবা নুমিত্তুদা
বন্দ কৌগেকো লৈবাক শিনথুংনা
পলেমগী কোলোয় মিংলেন্তনা
লৈবাক পুংজাও থীন্নবা ।
ইমাগী পোৎলোইবা থৌবমদুসু
সোবোক ময়াযদা পাঙথোকচগে
টাযব মপৈ মৈ থাদুনা,
শোবাংকী পাউজেল চেবোলদুসু
চাইগে নোংমৈ মক্ত ওইনা
চেগী পৈশা তিংদনবা
মসিনা মহোঙলে মতমসিদা ।

শিখিবা থোক্লদি ইচা ইনাওনা
ফোব এস - পি . ইফিড্রিন্দা
চঙনা লাইবল্লেন কাবদুনা
নৎত্রগা নোংমৈ মক্তশিংদা
কাঙলূপ মশেল কাপ্লবগী
ব্রাকৎ মীফম ফমগে থোঙ্গাল খুদিং
'অশিবা হুকচাং লৌবা যাবোই
মীহাৎ শেন্থুং ফংদ্রিফাওবা ।'

কবিগুম্বা ইচে ইচলশিংগী
মিবাংগী লংলা তৎহৌববা
খোইমু খোইবেলশিংনা থদত্তুনা
বন্দ কৌগে লাইবাউ চেনগে
লৈকাই শাবাক ফাকপমখৈ
'ইজৎকী দাবী লাখ মঙা' ।

## ইমে নত্তে তৌরানি/৩৮

কাং কাং য়েগে মৈবা পাযগে
আইন খুত্তা পাযননবা ।

ইপাগী কোলোয় মিংলেন লৌনা
শেন্নমগে তোঙানবা ফূরুপ অমা
মীকোক মশীং পঙহাপ্তা হাপ
মীবানচা শঙ্গু ফিবৈদা যেপ
শাগৈগী মিংদা লাইমিং লৌবগা
হেনসনু 'খোযগী ফূরুপকী পাঙ্গল ।
ব্লোকেদ তৌগে চবম থৎকে
তোখাইবা ঈবৈবাক শেন্নদুনা
কাংলুপকী চাকথুং হেনগৎনবা ।

পাঙ্গল উকায তক্তৌ শকক
লগাউ থাওগে গ্রেনেদ মতুম্মা
বোম্মা নোংমৈ মকশিংনা
থোঙ্গাল থোঙ্গাল খুদিংমক্তা
লক্ষ্মীগী থৌজাল ফংননবা
মসিনা মফবে লমদমসিদা ।
চুথবকপা লৈবাক্কী শেন্থুংগী নোংজুদা
ঈথৈ লৌখোং শেন্নদুনা
লূ থুমগে মফম চানা
বোমগী বিমোট পাযবদুনা ।

মিংচৎকীদমক পৈশাগীদমক
বন্দ কৌগেকো ইমা মণিপুব
ষ্ট্রাইক তৌগেকো ইমা
বোম পীবিযু ইমা ।

তাং ১০।০৯।২০১২ ইং ।

## লৈকং থোং

লুপাগী যূম্বীনা মখোঙ হৌ
সনাগী খাঙেলনা চুমথাং খল
হীবাগী ফম্বাক্না ফিবাংজি ওই
খ্বাইবম্বন্দ বাজাবগী
হে ইমা লৈকং থোং !
ফজথ্রেদা ! পাম্মুথ্রেদা !

মুক্তাগী দাবীনা চেকপল শেম
মণিগী পাম্বোম্না শম্বল খা
মখাদা লম্লেম শেমগৎলিবা
চূপশিনখিবনা ঈপাক্লি
কান্নবনা হৈগ্রু মনাদা
সনা কৈথেলগী লমকন থোং
শুম্মাৎথ্রেদা ! মাঙজথ্রেদা !

তাং ১০।১০।২০১২ ইং।

## মীখল লাকপদা

শাংলবা চহি মবি তংখায়
ওইবন্মী ঐসে অশেংবা সনা
উফুলদা মচু কোকওমদবা ।
চিনবালনা শগুণ তৌবশিংদা
ঐনা লাউখি ঐনা চৈখি
মঙালতবু ঈখৌ লাংনা ।

অনৌবা বলি কৎলমদাইগী
তেল্লবা থা তক্কসিদা
ওল্লকলে ঐসে তিল্লাইখোম্বী,
খোইচাক থাকপা হৈবশিংগী
লুখাক চগুম চাকদ্রিমখৈ
ইশাগী হকসি যোন্নিংদবা ।

তাং ১৪।০৮।২০১২ ইং ।

## চরোয় ক্বাক

মীখল মমাঙগী চবোয ক্বাকসে
নোংঙান' পাউজেল চেল্লিবশিংসে
খবনা উচি ওনখিগনি
কংলাগী চেকপলদা মখুল হূত্তুনা
মশাদু তনোয তনোযনবা ।
ইফদ ফজনি মখোযগী মিত্তা
যেংলু যেংলুবা মাযগৈ খুদিং ।

কৈবাক কাহৌবা ঙমদবশিংদি
খবনা শাৎখিনি কংলায়েন ওইনা
মবেক মহাউ ইকং কংনা
ব্রাকৎ মীফম শঙলেনশিংদা
খুখাং চবা হেনফমশঙদা,
ফৌহাম ঙাক্তনি মখোযগী কোক্তা
শেল্লক যেন্নকপা চাকলুক পূন্না ।

লাউবিবা খোংলিবা চোংলিবশিংসে
নৈবাক্কী শৈথাবোল শক্লিবশিংসে
চবোয ক্বাকশিংনি মচিঙ্গাক থিবিবা ।

তাং ১১।০২।২০১৪ ইং ।

## এক্সবে

শগুণ হূত্তুনা ঝাংত্রিবশিংসে
মোইথেম হৈবম্মী শস্ত্রি হূইদা
গুম্ভীবগী পিবাং শিছুবিবশিংসে
থাযাত্তা পক্লম্মী শাদোং মচেৎ
ঊচিনা তাণ্ডবলদা ঙাহোইবকপা
হৈবম্মী তোপতোপ্পা লোংথ্রৌ অমা।

তাং ১৯।০৬।২০১২ ইং।

## ঐখোয়গী লৌবুক

খুজিন মমাযমুক পাকপা
মণিপুব তম্পাক্কী লৌবুক অসে
চাযাম থাক্লিবা পলেম অসে
নুংশিদবা যেংউ হে কবি !

খোংগদবা হূইনা খোংদ্রবদা
থৌবৈতবা গাধানা খোংলসিবা ?

কুমগী নোংনা কংখিবা মতম
লৈক্রক্লা ময়া কাবকঙৈদা
অশিবা লাইবেলগুম শাংদ্রোং তাবিবা
খুৎশেমগী ঈথৈ লৌখোংশিংসে
অকংবা লমকন তুবেলশিংসে
লৌখোং মন্ত্রিগী শগুণথোঙলা ?
ইঞ্জিনিযবশিংগী থিকাদাবশিংগী
ৱাত্ত চেংজেল হুন্নফমলা ?
পাউখোং ফোঙসনু লৌখোং মন্ত্রিনা ।

থাউযোনশঙনা উখাযশঙনা মহৈশঙনা
চেক্রোন্না উকোন্না শান্নবুংনা
লৈবাং খোইমুগী যাওঙশঙনা
চাগোক ফববা খুন্দাশঙনা
যেক্রু লাঙ্গোয় চনশিল্লবী
হে লৌবুক !
কৈদৌঙৈনো নংনা মৃৎখিগদবা
কনাননো নংবু নাউযোক্কদবা ।

তাং ১০।০৪।২০১৩ ইং ।

## উতোন অমসুং উরা

উপালগী কোক্তা খোঙনেৎলগা
থবানমিচাক মশীং থীবতদা
মকোক তাঙলি উতোন্দুনা ।
লৈনুংদা হূত্তুনা শিকুম নাকুম
চেংফুগী খোবি খোৎপতদা
হীক্লা কপলি উবাদুনা ।

নুংথিলনা ৱাবি মকে শেন্বদা
অহিংনা কপলি মম্বিৎ পাঙনবা ।

তাং ২২।০৮।২০১১ ইং ।

## চেদা যেকপা তাজমহল

খুনুথ্রং মপী অমনা
হিমালয় তান্ন পাইদুনা
খুজিন্না ফক্কুনা পুবকই
চেদা যেকপা তাজমহল অমা ।

হৈনৌ পান্নী মখোঙগী
লাবৈ লাথূপকী মহুমদা
পোপ লাউনা থাদবগা
নিংঙাই চাউবা মচাশিংনা
হংঙা হংঙা কপ্পবকই ।

ঙাবাকপী শঙ্গু শঙ্গুনসু
মশা ফ্রং ফ্রং খপ্পদুনা
ময়া ফেঙবা হৌনবকই
ঈবাৎ চবান থাবদুনা ।

আব টি . আই · গী মিংশেল থান্দুনা
কাওনযেন শঙ্গু শঙ্গুনা
কেক্রে কেক্রে খোংলকপদা
মকুশিংসু মমিৎ লাওথোবকই
মকোন শেমগে থৌবাংদুনা ।

লেবাক য়ুহাব হাদনবা
শায়েন ঙায়েন্নবকপদা
মনিল ওন্দুনা অদুম পাইখি
চেদা যেকপা তাজমহল অদু ।

তাং ৩০।১০।২০১২ ইং ।

## মী লাই অমদি শা

মীগী মমাঙথোঙদা তুলশি ঙাক্তা
মনীংথোঙদনা লুখাক্নোম ঙাক্তা,
গোবিন্দগী লাইশঙ মনীংথোঙ পান্দে
মসজিদসু গির্জাসু মনুংদা ঙাল্লি,
কৈগী মকোক্তা নাচোম চিন্দে
গুম্ভীবগী মমাযদা চন্দন থিন্দে।

মাযথোঙ অনি থম্মোয় অনি
অমনা ঙানবা অমনা মম্বা
অনি থোকপীনা খুজিং ওইবম্বা
মীনি মী, মহাক্কু মীনি।

তাং ০১।০৫।২০১২ ইং

# পাউচেগী শৈরেং

ঐগী কোকথক্তা তোংলক্সী
মচিন ককখ্রবা শৈবেং অমা,
মখোঙনা খ্রো খ্রো খোৎলদুনা
মহুম শাগে থৌবাংজবি
মকমসু অদুম কোকশিল্লকই
ব্রাখলগী শাইজিন শাইয়াদুদা ।

ককখ্রবা মচিন মচাদুদগী
কুক্রু খোঞ্জেল তাদবনা
ব্রাখলগী কিশি থোকঙমদ্রিঙৈ
মচা ওনঙমদ্রবা মকমশিংদু
প্রোপ প্রোপ কেল্লকই
নোংমাইজিং পাউচেগী চেনাদা ।

তাং ০৩।১০।২০১৩ ইং ।

## লাইশোন-তিনশোন

খেন্নহনগেবু হাযববা
সিয়া সুনিদি লাযবদুনা
নাগা কুকিসু থমস্ত্রদুনা
ঈ মবীফাও শকমান্নদে ।
মান্নহনগেবু খল্লবা
ঈগী মচু যেংদ্রফাওবা
শাসু উপালসু থরায মান্নে ।

থরায মিবেল মবকসিদা
লৈক্রক শম্বল খাবক্লিবা
মযিনা হীকাপ-তেনকাপলিবা
নুংশিৎ লমফৈ চঙহল্লিবা
মী মনূ শা মনূ কোক মনূ
শেৎ কাযযু শেগাক কাযযু
তুম্মুহে গুরুগী যাথংনি ।

তাং ০৪।০৮।২০০০ ইং ।

# চহি হৌবা নুমিত্তা

মাইকেল জেক্সনগী মাদোনাগী
লমহুই খোঞ্জেলনা নাকোং হূত্তুনা
অখাক অবাওগী বন্দুলা মখোলনা
মিহুনসি য়াংকোক খপ্পদুনা
তাউবা হূইশিংগী চুনা চাবীগী
মকোক মমৈ মখোঙ মফৈশিংনা
মৈথক্কী খাংনুংদা প্রুক প্রুক শৌনা
যাহৌ ঙনবীগী শজিগী য়ুমওক্কী
মথীক মফৈ খোয়বী-লিনশাংনা
কোর্ফূগী মহীদা লুপফেৎ তাউফেৎ
হেদো মখে লাংলদুনা
লাক্লে যৌবকলে অনৌবা চহি
তবাম্না ওকলিযে নহাক্তবু ।

লোইজিং লোযাগী উখোঙ য়াখোঙদা
লম্বী চিদাইগী যাওঙশঙশিংদা
য়ো তাবা চোংঙাবাবশিংগা
ফিতৎ শেৎপী মশানৌশিংগা
অঙাঙবা লিক্লিদা চিনচূপ্পদুনা
থেক্ক-থেক নৌগ নৌ
য়াহোংগী জগোয়বু ঙমজনা
লৈবাংগা খোইমুগা চিল্লোক্লবি
অনৌবা চহিগী খুলামখাদা ।

হাযযুনে হে অনৌবা চহি
হায়য়ু কবিনো নংনা পুবক্কদবা ?

ঈথক ঈবাং মমৈ তত্তনবা
শেলখায থুমখায তোযবক্কদবা ?
কতন হাবৌশিংগী চাকথাক হন্ননবা
গ্রেনেদ মন্দম কোক্লক্কদবা ?
হৌখিবা চহিগী মঙতাকবাদা
লৌবী য়ুমফম বন্ধান থমদুনা
ফম্নাইবগী ফিবৈদা কেকু লোৎখিবা
লাখ তবাগী তাউজিং হৈন্দনা
লাযববী পলেমগী শিযোম্লুংদা
সনাগী য়েকম কোক্লক্কদবা
নৌনা লাক্লিবা চহিসিদা ?

চিনবান্দনা লাংবল খোইহী
থনুংদনা লাই খুৎশাংবী
নোম নোম শগাই তোংলিবা
মন্ত্রি ফিক্রি লৈঙাকলোয়শিংগী
মকোক্কী তুম্বা মনুংদুদা
নৌনা য়েন্নীং হল্লক্কদবা
মীখল মমাঙগী শবি-ব্রাশক
অনৌবা চহিনা খোঙদোয়বকপদা ?
ফমদৌ হুম্ফুগী মিবাংদা থুদুনা
মমূ শৎপ্রবা হযিংখোইশিংগী
ফোঙখিদ্রবা থবক্কী পাউখোং
নৌনা কিশি থোক্লক্কদবা
অসুক্কী মতিক হবাওবিগে
অনৌবাদে চহি লাকপসিদা ?

হবাওবো নুংঙাইবো ইদাইবেমশা !
ইচাশা ইনাওশা ইচনশা !
লাইবাউ চেল্লকলে লাইনিংথৌনসু
পাউচেগী লামাযদা মপাক মপাক
অনৌবা চহিবু তবাম্না ওক্লুনা ।
কোম্বীবৈ কুসুমলৈ কবোকলৈনা
ত্রিং ত্রিং ত্রিংত্রিং মোবাইল ফোন্না
চিবোল তৌববে নাপদুদা
খোইমু খোইঙাং খ্বাংজেংবশিংগী ।
লৈবক শাথৌবা খোংবান লাল্লুম্বা
ফোব এস· পি: ইফিদ্রিনফাওবা
চান্নবী কনাগী মবানয়াইদা
মোংলধে ফম্লবে উইবোন শাবোন
মবিংগী শংবাযবু নাম্ম হাঙব্রা ?

হে অনৌবা চহি !
নংনা লাকপগী শেংলবা খেনফমসিদা
শাবোয ঙাবোয়শিংদগী নাখেদুনা
থৌনিজবি ঐগী খোর্জেনদি
পুবকউ হাযনা নংগী যাওন্দা
থোঙ্গালদা গ্রেনেদ লংশিন্দবা
পাউচেদা চিন–য়া কেলহন্দবা
ফৃকপকী মযি চৎলক্তবা
লৈঙাকলোয়না শগুণ তৌবীদবা
মোং হাদবা লমদম অমগী
অনৌবা মপোক ! অনৌবা য়াওন !

তাং ০১।০১।২০১৪ ইং ।

## কাম্বল

কাম্বল য়াওদনা তূম্নবা
কাওয়াম্না চীক্লকই ঈখেং চূপতুনা,
কাম্বল মনুংদা হিপ্লবদি
তাবকই খোঞ্জেল নাউশুম ঈশৈগুম ।
পুন্সিগী মচুসি ফজনবা
লৈতবা য়াবমদ্রে কাম্বল মনুংদা ।

তাং ০৪।০৯।২০১৩ ইং ।

## শারাক

শাদানবা কনাগী থৌববা তেন্না
কোয়পাই পাইবি মফম খুদিং
তেনবাল্লবী শজিগী ঈখেং মবীক্লা
পাউচেগী লামায়দা পুমচাই চাইবি ।
শম্বল খাদ্রিবী অনৌবা য়েন্নীং
লৈয়োন চোংদ্রিবী লৈপোম ফাওবা
নোংলৈগী শাবাক্তা লৈকা চোইবি
শাদানফম্লি মফম অসি
ঈখেংতবু লাইনিং ওইবশিংগী ।

মতাং হৈববা নোংলৈগী শাহুমদা
নিংঙোল কনাগী মোল্লাংখাদা
লোত্তুনা থমজবা শমজিগী নাচোম
তাউবা হূইশিংগী খোঙ্গুলদা কেনখি ।
পষ্টৌগী মাঙ্গোল খোঞ্জোংলাংগী
দোবী তংত্রিবী তেলঙ্গাসু
শম্বলগী তিংখংনা শেগায়বীখি ।
কৈশাল কনাগী কল্লকপেনবা
রাংলেন মিংকুপ ফানা চত্তে
শজি মাগী চৈনাখোলদি
মূংখিদে লাংওন অমফাওবা ।

লৌনম্বা কনাগী কাবাম্বা খুংনা
মতোং চুপথোকপ্রবী হৈনৌ শেম্পাক
থম্বীবমদে হৈক্কলাদা
ঈখৌ লাংবা কোকখিবগা

লংশেকলম্মী লূখাক্কোমদা
তিনখাক তিল্লাইখোম্বীশিংগী
মথেল লূক্কোয় ওইহৌনবা ।
বাহ্না থম্লম্বা থাজগী মায়হিং
থাবলগী মচুনা কোকহন্নবা ওন্না ?
কেল্লবী গুলাপকী লৈনাশিংদা
অয়ুক্কী লিক্লা খীক্তুনসু
চোংলক্লে লৈয়োন অমুকহন্না ।

তেংথা মীকপখোল তাব তাবগা
মতিন চোবক্লি কৈশাল মাদি
মফি শেৎত্রবা থনুংগী রাখল ।
অঙাওবা নোংলৈগী শাহুমদুদা
কেল্লকলি চীংগ্লাও মপালশিংনা
মিৎকুপকা লাংওনগা খুৎশিন্ননা
থৌবেমগা থরাযগা মন্তিক্লনা ।

উববনে মফম কৈদা
কবম্বা থরায়গী লোনগৈ পূক্কৈদা
শাদা ঙাদা তিন-কাঙদা
খোইয়ুম কনাগী লাইবৈবাক্তা
হৈপাল লৈপাল উপালশিংদা ?
মহৌশা খুৎশেম থুগায়বশিংসে
শীংনবশিংসে য়ৈখায়বশিংসে
লৈবক্লে লোইনা মফমসিদা
ওইবক্লে লোনচৎ ঐখোয়তগী ।

তাং ১৩।০১।২০১৩ ইং ।

## দাই হনবা

চীংমী তম্মী চায়নবোলগী
মৈবিনা মৈৱায়খিদুনা
খুঙ্গং সহব শেংনবোলগী
লায়নানা লাইজুখিদুনা,
শম্বলগী ৱাথোক্তগী
ইঙ্কি অমগী লমলেমগীদমক
ঈবেমথাক্কী ইনাওনিপাগা
ঐগা যোংখোক হাইনবিঙে
নুপী মশেল শমফোয়নবিঙে
ইংখোলগী চিদাই অমদা
লোছোক্তবী ঐখোয়গী হৱাইমানগা
জাৎ তিন্নদবা মীগী হূইজাওদুগা
ঙাথু থেংথু নাওথী শাজনা
শান্নমিন্নবদু উকন্বদা
দাই থোক হল্লি ঐ।

তাং ০৭।০১।২০০০ ইং।

## লৈকূৎ–লৈতোঙ

মশা মবেং ফল্লিঙৈ মতম
থাকলকই থাউ শবেং থোংবদা
কৈবাক কাবিবা মহাক্তুনা
লাম লামদুনা চীংদোল য়ৌখি ।

নাকেঙ্গানা য়ৌবকপা তাঞ্জা
তাবকই লেন লুকোক কুমদা
খুদি হেক থীখিবগা
অবেঙ অবেঙবা অদুম পূখে ।

লৈকূৎ লৈতোঙ অসুম শেমখি
খাগা অৱাংগা অদুম তামখি,
চীংদোলগা কোমকূৎকা লাপ্পখিবা
মচবিৎনি মহৌশা খুৎশেম ।

তাং ০৭।০১।২০১৩ ইং ।

## পোক্রফম লমদম

পোক্রফম লমদম নুংশিববী
নশাইকোনসি ওন্থোক্লা ঈংখ্রেদকো
নপাউখোলসে ওন্থোক্লা নুংশিখ্রেদা
থবাক্কী মিহুন্দি দ্রং দ্রং ।

ইচাবু শাবাক তন্নমগদ্রা
নুপীবু ফিবুল নন্নমগদ্রা
জে:এ:সি: না ইয়ুম শীবমগদ্রা
ফৃকপকী মৈনা চাকলমগদ্রা ?

শেলখায়গী চেবোল ফংলমগদ্রা
থোঙ্গালদা গ্রেনেদ পোকখাযববা
বম্বুলা মখোল্লা তাবিসিবু
গাড়ীগী টায়র পোকখাযববা ?

ঙসিগী বন্দনা কবম্বগী
হয়েংগী ব্লোকেদনা কৈদৌবগী
ঙবাং ফাখিবনা কদায়দগী
ঙসি কাপ্লম্বনা কদোমদনো ?

মৈতৈপুব নাগাপুব কুকিপুব
বন্দপুব ব্লোকেদপুব মীহাৎপুব
ওন্থোক্লসু ঈং তপখ্রেদকো
থবাক্কী মিহুনদি দ্রং দ্রং ।

## বায়খু মচা

ইমানা পীবিবম্মী ঐখক্তদা
গুরুগী ফানখোঙ কোয়হৌনবা
অহুমশুবা মিৎ অমখক ।
মিতুনা ওইবি ঐগী খুৎলায়
বায়খু মচাগী মতৌগুম্না
ইমাগী খোঙ্গুল মূখৎনবা ।
মিপাইবক্তি বাখল অসে
ফাথহৌদবা মিৎকুপ অমদা
ইমাগী মিংলেন মূৎশ্রগদ্রা ?

তাং ০৫।০৬।২০১৩ ইং ।

## বড়াপানিগী অহিংদা

তবানিপান্নি পানবা মেবা থাগী
শিথবকপা থাবলগী মঙাল অসে
চীংলৈমগী মশাইকোনসে
বড়াপানিগী ঈপাক অসে
য়েংউ কয়াদা শুম্বাৎপ্রবা।
পৃক্লিংগী খোয়বাং খোযশাউনবা
মৈবিগী ওলাং–ওনশাউনবা
মূৎখবে তামখবে চীংনুংসিদা।
কুমজা কয়া কোকসি কাযবমখৈ
ঐতনা ঈখৌ লাংজবকপা
মৈবক্তা মাঙপ্রবা পৃক্লিংগী অঈংবা
লোৎলল্লে চীক্লা মফমসিদা
যেংউ –
মফমসে কয়াদা ঈংপ্রবা।

মীবক্তা যৃখিবা তিংখংগী চৈনা
লিক্লাগুম ঈংখ্রে চীংনুংসিদা
শীংনবগী থাঙশাংসিসু
লৈনাগুম থোৎখ্রে অহিংসিদা।
চীংনুংসিগী থেক্কোযবা লম্বী
চীংশাংগী নাপোম উপালগী শল্লাং
ঈপাকসিগী লূববা লাইজদা
তাউবিবা চীংদুম মৈবাগী লিক্লাং
লম্লানবা কনানা উখিনি মতাগুম
অপাইবা লৈচিলনা ফিজঙ খল্লিবা

শাথেক পুবিবা য়াংদৌ লম্বীদা
অবংবা মণি পবেং পবেংনা
চীংচেপ্তা উকমদা মোংশোঙদা
কেকু লোৎপী শান্নবিবা,
পাৎকী লাইজ ঈবোন্নুংদসু
তনিকপা মুক্তা চবোং চরোংনা
অমাং-কোয়বী শান্নবিবা ...
খীক্লবে নংনা নুংশি ঈবীক
লম্মৈ চাকত্রবা কোক্লুংসিদা।

থাবল মঙালনা চামথোকখ্রবা
পাৎকী লূববা লাইজ ঈবেলদা
লৈঙাং মচুগী লেংয়ানফি হাপ্পুনা
বৌদ্ধ লম্বোইবশিংনা ঈকজবগুম
বড়াপানি ঈথৎকী চীংদুমশিংনা
ঈপাকয়ায়দা য়াতাবিবা
চীংদুমগী কোকথক্তা য়ুমদোমপোকশিংনা
অবংবা মৈবা চবোং চবোংগী
কজেংলৈ পবেং হূক্লিবা,
ঈপ, কী মিংশেলসি য়েংলুবদা
পূব্রিংগী তাবু হাংলক্লিবা ...
ঙসিগী অহিংসে, য়েংওই
পূক্লিংসে কয়াদা শুদ্ধৎখ্রবা।

য়েংজখিবনি ঈপাক অসি
পূক্লিংগী অমোৎপা চামথোক্লবা
চীক্লবে ঐবু তাইওন্ননা
নুংশিবগী তীন্না থনুংসিদা।

নীংশিংবগী মীহুৎথোঙসে
মমিৎ অসুম পাঙথোবকলি
অসুম অসুম লাওথোবকলি ।
য়েংলু য়েংলুবা মায়গৈ খুদিংদা
কনানো অমগী নুংশি শক্তম্না
লেপ্লবে উবক্নে মশেল মবাংনা ।
হৌশ্রবা অহিং কয়া কয়াদা
বাদি ঙাঙদনা তুমিন তুমিন
ঐনা খনখিবা রাখলগী মঙলান
ঈফুৎ হৌবক্নে চাংজৌ পাবক্নে
মিৎলু নাপোম থৃঙ্গৎলক্নে
বড়াপানিগী অহিংসিদা ।
শোবাবেলগী লৈবাক্তুদা
অঙৌবা লৈচিলনা পাইবা উবগা
রাখলনা পাইকই মশা খঙ্গুনা
মকুই নুংওন চীংজিন তম্না ।

নেহ্রু পার্ককী লময়েংফমদা
চীংখোঙগী উচান পাম্বীশিংনা
লোক্তুংগী লূববা লিক্লাই মহীদা
চেংহী শম্বাল লাংজবিবা,
চীংচেপকী রাংলবা পামেলথক্তা
খোঙ্গুমমেলৈ কাকলৈ য়েকমলৈনা
নোমনোম জগোয় শাবক্লিবা
হায়যু লিলি–
লাক্লববা নংসু মফমসিদা ?

শম্নাং কোয়কক্লবিবী
উচানগী থাক্কল মকমদগী
মালংনা লিবি হুমজিল্লকপা
নংনা লাকপগী শাহ্মলা হায়মু ।
চোইজাইনবা উপালগী শম্নাংলক্তা
লৈচিললা কোকখুম্নবকপদা
অশংবা উনাগী মিৎলুদগী
লিক্লানা তপ তপ তাবক্লিবা
হায়মুনে নংবু কপলিববা ?

উমিয়াম কৌবী লাইবেম্বী
বড়াপানিগী শক্লোন লৌবিবী–ও !
নাউকোল্লমলিবোই নহাক্লা
ঐগী চান্নবীবু নশাইকোন্দা ।
তাঙ্গোয় ওল্লবা পুন্সি অসে
থম্মোয় অসে মৈচাক অসে
তন্দনগুম্না ঙাল্লকলিবা
ও! কয়াদা নুংশিব্রবা !

ঙসিগী অহিং অসে
শিথবকপা মেবাগী থাবল অসে
ঈপাক অসে ঈথৎ অসে মৈবা অসে
য়েংউ কয়াদা নিংথিব্রবা !
হিংবগী মৈবিলক্তগী নাথৈদুনা
পৃক্লিংগী অঙ্গৈবা থিজবকপা
চাক্লক্লে ঐদি ওছোকপনি
নাইতোম কায়নবগী মৈনা ।

হে বড়াপানি পূকতম্নী !
ঙসিগী চিক্লবা অহিংসিদা
নংগী শুম্মৎপা শক্তমবু য়েংনা
অঙৌবা লৈচিলগী চেবাংথক্তা
ইবমগে মাগী নুংশি শক্তম
ইবমগে য়েক্লমগে হঞ্জিন হঞ্জিন । ☙

তাং ০৩।১১।২০১২ ইং,
থাংজ ।

* তাং ৪।১১।২০১২ ইংদা মণিপুরি সাহিত্য পরিষদ, মেঘালয়াগী কবি শ্মেলনদসু পাথোকপ্রবা ।

## মমূ শৎখ্রবা হয়িংখোই

খোয়দৌসে বৃ বৃ শাউবমখৈ
শাবোয় ঙাবোয় ময়াম অমা
ঐগী খোর্জেনা
ফাদুনা পুন্দুনা মঙক ককই ।
অককপা কোকয়াম মবক্তুদা
শিববশিংগী মনুংদুদা
য়াওবন্মী ঐগী ইকোকসিসু ।
মদু উবদা খংপ্রেক খংখি,
ইকাই নুংশি য়ান্নদুনা
খোয়দৌগী মিহুনসি ফাথবগা
ঐনা মিংশেল থান্দুনা য়েংই –
উবকই মিংশেলগী মমিদুদা
মিবাংনা লঙ্গোয় চনবীববা
মশাগী শাবেপ হনজিনদ্রিবা
মমূ শৎখ্রবা হয়িংখোই অমা ।

তাং ২৭।০১।২০১৪ ইং

# ইমৈ নত্তে তৌরানি

হায়নৈ ঙাঙনৈ মফম খুদিং
‘কংলাগী লাইশঙদা মোংবা চঙলে
তুলিহলগী মালংথোঙদগী
পাখংবগী কোকলেন পাইবমদৌবে
তেংনৌপলগী শগুণথোঙদা
ইবুধৌগী মমৈ ককলমদৌবে
লোক্তাক্কী পুককশৌবীদা
ইশম চাইবা লূপখবে।’

শাবাউ লানবাউ চেল্লদুনা
অউপ্পা উনা লোংদুনা
অবোংবনা উপতুনা
শাগী খোঙ্গুল লীবকঙৈ
শাফোঙখি লমহুই মমৈ অমা ।
মমৈদু ফাদুনা ককলমদাই
কংলৈপুংগী লাইনিংথৌনা
খাক্লা খেক্লা লাউবকখি –
‘ইমৈ নত্তে তৌবানি ।’

মকোক মমাযদি লোৎলগা
মমৈদি মীমাঙ থোক্লবা
শগুণ তৌবা শায়ামশিং
শাফোঙহনগে তেমশিংবগা
লাউনবকই হেক্তমক
‘ইমৈ নত্তে তৌবানি
ইমৈ নত্তে তৌবানি ।’

তাং ২৬।০১।২০১৩ ইং।

ইমৈ নম্বে তৌরানি/৬৬

## অমম্বা অঙানবা

অঙানবদা চাক্তাবিঙে
পাইনিংলকই ঐসে কুবাক্কুম্না
চুমথাংগী লিক্লাং শেম্মনবা ।
অমম্বদবু চঙলুববা
ওল্লকই ঐসে তিল্লাইখোম্বী
মীনোক মৈশা কিদমখে।

ঐনা কিবসি অমম্বত্তনি।

তাং ১৫।১০।২০১১ ইং ।

## হিমালয়গী খোঙচৎ

ঐনা য়েংলুই মঙ মঙলুই
ঝাংনা ঝাংনা নোংদোল পক্লা
শাংনা শাংনা ঙমখৈ লান্না
অতিয়াগা তেমশীংনাবিবা
হিমালয অমা :
উন্না কূপ্পা চীংদোন অমা ।
মদুদা ঐ কাদুনা শান্নে
পাইদুনা যেংই
চেন্দুনা যেংলুই চোংদুনা থিবই ;

খোঙ্গুল অমফাও হনবা ঙমদ্রিবঁগে
লীক্লম অমফাও থিবা খঙদ্রিবঁগে
ঋাই লাউনা কীনথবকপা
উনগী কল্লবা ঈচেল অমা
লোকচপ অমা · শুকং অমা ·
কোক অসি কাযবমখৈ
তোইবমখৈ
ওন্থবকখি থবো মাল্লো ।

মিৎকপ থোবকপদা
ঐনা মিৎসি পাঙলকপদা
উবকই –
ঐগী মল্লবা খাংপোক
তেক্লবা ঝাচেৎকী ফমুং ।

মঙ মঙলবোই মতুংদদি
হিমালয়গী খোঙচৎ অমা ।

তাং ১৪।০১।২০১৪ ইং ।

## ভুট অমসুং লাই

থনুংদা কাওবা হূগী নোংহৌ
মাযথোঙনা পোমায় হাংলুববা
শোয়দ্রে ঐসে ভুট মানবা ।
চিনবালনা শেম্বা চুমথাংগী লিক্লাং
ইখুৎনা তাইবং ওনথোক্লবা
শোয়বোয অমুক লাই ওনবা ।

তাং ২৩।১০।২০১২ ইং ।

## শেংদবা সনা

অচিকপা অহিং খুদিংমক্তা
নাইতোম তাবা মিংকুপ খুদিং
ঐগী কোকসি সনা ওনখি
মচু ইবং লংলদুনা ।
অমোংপা মৈখু মবক্তুদা
নুংথিলদা মৈ ঈকলুবদা
মীয়ামগী নুংথংনা থোমলক্তুনা
থোবকই মনুংগী যোগ্নী ঙাক্তা ।
কোযনা তুংনা যেংলুবদা
মখোযসু ওইবম্মী ঐগুম্বা ঙাক্তা ।

সনাগী মচু কোক্তনবা
লংদুনা অসুম লৈননবা
লৈজগে ঐদি নাইতোম চীক্লা
উফুল-রাইফুল তৈহন্দনা ।

তাং ২১।০৯।২০১৩ ইং ।

## মকু ওনবা

মন্ত্রিগী তাঙবলদা ফমলুবদি
মীনা হায়নৈ 'মকু ওল্লি'
নুংথিলগী অঙানবদা
মমিৎ শুকউ উঙমদবা,
ফনা লাউ খোংদুনসু
তূমদুনতা অদুম লৈবা,
অমম্বা অহিংদনা
মিংযেং শান্না উবা ঙম্বা ।

তাং ১৩।১০।২০১২ ইং।

## কংলৈপুংগী লাবৈ–লাথূপ

মতমসিদা লমদমসিদা
ঐনা মী ওল্লকপদা
চীংঙু মাগী খুযাখাদা
খোযবী–লিনশাং পুমতেং তেংনা
ঙাবম চামা ঙাহোঙহনখি ।
অদুননি
ঐনা নামৎ মাঙদনবা
শাবম চামা শান্দানবদা
খোইযুম মানা উনা তানা
নাপ শেন্দানবিবসি।
কংলৈপুংগী পাখংবসু
পাঙ্গল শাবেপ হনজিল্লমদ্রি
শাবোয ঙাবোয হূইবোযশিংনা
মকূ কুবোল হুখিবগী ।

কুবাও হংলান চল্লকলিবা
মফমসিগী থৌবী কোঙ্গোয
কিশি চেৎনা পুনশিনখ্রবা
কংলৈপুংগী লাবৈ লাথূপ
মকোক মমৈ ইশম শম্মৈ
ব্রাকৎলুনি কনাদবু ?
ওইবা তাই মসিমক্রা
লমদমসিগী হিয়াঙ–হিবেল
হিমায় চুম্না ঙমদ্রিবসি ।

তাং ১৭।১২।২০১৩ ইং ।

## লন-থুম

লন-থুম হায়বা অসি
মযাক কল্লবা য়ূ লিক্লিনি
থকচিল্লুবদা
নাপলগী শিংলী-নাউবীশিংনা
অওবগী মতৌগুম্না
মীমাঙ-পুমাঙ খঙদমখৈ
থ্রোক-থ্রোক ওথোবকপা ।

তাং ১৩।১০।২০১২ ইং

## লম্মৈ-থানবী

অমম্বগী মঙলৈবাকসিদা
থোক্লি লম্মৈ থানবীশিংনা
লোক্লুং শুকংদা ফুমজিনবীববা
থরাযশিংগী মীচঙ মান্না ।

হবাওকই ঐনা কযাগী মতিক
শীংনকই ঐনা অসুক্কী মতিক
থোবক্লবা অনৌবা মঙাল
অশি লৈবাক্কী লমদমসিদা ।

মঙাল থিবগী লম্নীদুদা
অমম্বা অনি থৌবী চিংনৈ
মাযখুম উপ্পনা লমজৈ ওল্লি
যোংগী তলযেন তৌদুনা
মঙালদি তামখি অসুম অসুম ।

ঐনা খল্লুবসি লাল্লববা
চুমথাং মখোঙলা থিবিসিবু
পাখি কোমথি অপুম অশাগী
মনিলনা ওনবা মৈবাশিংলা
মচাক থিবিবা তন্দলগুম্না ?

অমম্বনা নোংখ্রৌ চল্ল-চল্লগা
অঙানববু অসুম মমহনখিবা
অকম অযাংগী ফালাদুদা
হিদান্নবা শোনবশিংনা
লৃখাক্লোমদা পৃথহৌবা ।

থাজদ্রে ঐদি কনাবুসু
মওসু মওলবোই অমুকহন্না
অপুম অশানা শাইওল্লকপা
মাঙদ উবিবা মঙালশিংসে
ওইবমালে লম্মৈ থানবী ।

হৌজিকসু থোক্লি অমম্বদা
লম্মৈ থানবী পবেং পবেং
খোঙ্গুল লীবা ঙমদমখৈ
থাপ্না ৱাংনা পাইবদুনা ।

তাং ১০/০১/২০১৪ ইং ।

## কপ্তবা ঙমদে নংগীদমক

চীংলোন মাপল শম্বল খানা
কংলৈপূংনা ঙাছোইখিবা
লোক্তাক পাৎকী ইশাইফূদা
চীংজুম লাইজ নাউযোকখিবা,
চীংগী হৈবাং লৈবাংশিংগা
পাৎকী লেমলৈ মহুৎ শিন্না
চীংবুবোয তম্বুবোয খুৎশম্লনা
ঔগ্রী হঙ্গেল চোংমিন্নবা
ওয়গা যেৎকা লেঙ্গোন্ননা
পলেম কোলোয শকমিন্নবা
চীংগী তমগী নুংশি থৌবী
তৎলগদ্রা তুংলমচত্তা ?
চীংলৈবাক্কী লাইবেম্বী-ও ?
কপ্তবা ঙমদে নংগীদমক ।

চীংনুং লৈমা চিৎমিংনবী
লেমলৈ ঙাবাক ঙাওইবী-ও !
নতাবোয তবেৎ খোমজিন্দুনা
খোইযুম লাইযাম যাকায়হন্ন
শক্লোগবা অমুক্তদি
লৈশেমঙৈগী নুংশি বাবী
লিক্লাং চোইনা কেন্দনবা ।

লোইমোম ফৌগৈ হাঙলক্লবা
মেবা থানিলগী মতমদুদা
মেবা থাউমৈনা খোঙনিং কাঙনা

লোইবী চীংমায় খোঙ্কাং যৈনা
অৱা পাউজেল তমলকখিদ্রে ।
মেবা থাগী হৌচোংঙৈদা
তাউজিং হৈবাং চামিন্ননা
অৱা' মপাউ তম্নখিদ্রে ।
লোইজিং লোযা লংদাইফমদা
লৈক্রেক শম্নল তিংখংশিংনা
যাম্নগা মনাওগা লেঙ্গোন্নবা
চবৈ নাহোং শেগাযবক্লি ।

তমগী কল্লক কঞ্জাওলক্তা
ৱাবা পন্দোম লোম্লকঙৈদা
লাযব লমজা খম্ন–খম্ন
শাইদাংজখি শলাং খুন্দা ।
শামু খোঙযেৎ হাকথক্তসু
নোংযাই মানা মংগুম্ননা
অমং–যাইথোঙ কুম্লমদাইদা
থৱায মিবেল নাউকোনবীনা
যাইবী কনখি শলাং মানা ।
তমগী লাইবুঙ হবাওঙৈদা
চীংগী তাংখুল নুবাবীনা
খুলং ঈশৈ শৈহেক তম্না
তমগী শাবী শানৌশিংগী
থম্মোয শাইযুম কিশি কিখি ।
যেলহৌঙৈগী নুংশি থৌবী
তৎপ্রগদ্রা তুংলমচত্তা ?

তময়া যেংলুই নুংওল্লকই
চীংশাং লাল্লে খোয়বাঙলকই
তেংনৌপলগী চীংদোলদগী
ক্বাথা খুলগী মাযগৈ যেংনা
পাইম পিবুক নৌজখিবা
কোন্দোং লাইবেন্বী লাইকোন্দগী
কবো তম্পাক যেংজবগা
নিংপি তুবেল খোঙ্গুল লীনা
পুরাবীদা চাউথোকচবা
ইকাই ফিরুক খুল্লগদ্রা ?
মবাম খুল্লেন চীংশাং লান্না
মাওগী রাংল' চীংদোলথক্তা
লৈচিল পোমায হাংজদুনা
ইপাম লমদম যেংজবগা
নুংওনজখি কযাগী মতিক ।
জুকো তম্পাক য়ৌজবদা
শিহুখিবা মিংলু পিবাং
কংশ্রগদ্রা অবেম্বদা ?

বাবাক তুবেল পূকতম্বী–ও !
লোক্তাক লমদম পাংদ্রদুনা
নাথৈননা চৎখিববু
তমঙমদ্রবোই থকম রাবী !
ইম্ফাল তুবেল থোয়চৎনবী
ইপাম লমদম থাদোক্তুনা
কবো পাংনা লোইগুমখিবা

তমলুনুকো মীবানয়াইদা
কংলৈপৃংগী শেৎন–ঝাৰী ।

শিবোই চীংজাও নাপোমথক্তা
ইচল লিলি মশুংলাংগী
তমগী খোইমু খোইবেলশিংনা
মিৎলু পিবাং শিছুখিবা
উববোইদ্রা অমুক হন্না ?
তমগী খোইয়ুম হবাওঙৈদা
চীংঙু থাংজীং চীংশাংদুদা
পাইথবোক্কী উকোন্দগী
মেলৈ নৈস্না নুংজুমপালনা
লৈবাংলখো কৌবক্লিযে
‘নোংযাই নংবু লাকলো লাকলো ।’
শজিবু থাগী চৈবাওঙৈদা
চীংঙু থাংজীং ইবুধৌনা
চবৈ নাহোং শেন্নদুনা
তমগী শাবি মমোমশিংবু
শমু নমদা পোগে কৌবি ।

বাকনিগী চীংদোন্নসু
মৈবাগী লিক্লাং শেন্নদুনা
য়াংদৌ লম্বী লিক্লম ফাৎলি
তমগী শাবী শানৌশিংবু
চীংঙু মাগী খুভম য়ৌনা ।
কৌব্রু চীংগী চীংদোলথক্তা
হাঙল’ ঊনাগী খাংপোকশঙনা

নাশোন পীক্লা তাগে ঙাইহবি
তমগী শাবী শানৌশিংগী
কাউঙমদ্রবা নুংশি ব্লাবী ।
খাম্বী মৈনা চাকত্রগদ্রা
তৎফদ্রবা নুংশি লীপুন ?
মণিপুব, ইমা মণিপুব !
কপ্পবা ঙমদে নংগীদমক ।

চীংমায চীংমায় থাঙয়াম্লনা
ঈঙাঙ পাক্তক্লবকপদা
চীংনুং চেক্লা তাম্না মানা
হীক্লা তেংথা–নাওইবক্লি,
লোক্কী ঈশিং চাইবীনসু
পিবাং শিঙ্কু পাউজেল্লকলি
'পাথৌ পূক্লিং তপথৌগবা ।'
চীংমী তম্মী মূক্লঙৈদা
লাইবেল মথেক শানা চৎপা
লোইবী চীংগী যাংদৌ মানা
খুন্তাক লানশিবক্লবদা
তমগী মাযগৈ যেংনা যেংনা
কৌবক্লিযে খুৎলাম তোযনা
'পাবি নংবু লাকখো লাকখো
ব্রাবৌব্রনে পাবিহলবু ?'
তমগী কৈথেল লাইবেম্বীনা
চীংগী ছমপোৎ উদবদা
হীক্লা তেংথা নাওইবক্লি

লোইবী চনু মমোম ঙাইনা ।
পাৎকী থবো থবিকথানা
চীংনুংকোনগী চেক্লা ঙাইনা
নোমনোম নোমনোম জগোয় শাবি
'মাঞ্জ নংবু লাকলোগবা ।'
চীংগী লৈবাং উথম্বালনা
তমগী খোইমু মাযথৈগ য়েংনা
কৌবি তোয়না ঈখৌ লাংনা
'পাইবক্লোনে লোযুম্ব–ও ।'
তমগী তুবেল য়াঙ্গংবীনা
চীংজুম লাইজ ঈবম শেম্না
লোক্তাক খোঙ্গুল লীসি ঙাইবি ।
তৎফদ্রবা নুংশি লৈপুন
থদৎলুনি কৈদৌবগী ?

লাইনিং পবৈ কাঙলুপ ফূরুপ
তিংখং শম্বল থাবক্লিবা
মৈনা বাযব তাঙনা শম
খাম্বী মৈখু কাবক্লিবা
নৈক্রেক অসুম চৎলক্লিবা
বাদবা ঙমদে তুংলমচৎকী ।

মণিপুব, ইমা মণিপুব !
কপ্তবা ঙমদে নংগীদমক ।

তাং ০৪।০৮।২০১৩ ইং

## লৈ ওইনা শাৎত্রবদা

মতমসিগী নোংলৈলক্তা
লাইথীগুম জগোয় শাবিবী নংসে
ঙামোক্কুম শাযেন–ঙাযেন্নবিবীসে
লৃখাকলাগুম তেংথাবিসে
ঐ ঙকই কবিগীনো
ঙকই ঙকই, যাম্না ঙকই ।

কবিগী লৈ ওইদবনো নংসে
লৈনম লোৎলিবনা কবিগীনো ?
চেগী লাইথী নত্তে নংসে
নত্তে নত্তে হংগী লাইসু,
লল্লানবা কনানা খুজী পাযবা
শগোল নত্তে দোলাই নত্তে
তেলঙ্গাসু নত্তে নহাক
অউঙবী খুংসু নত্তে নংসে ।
অনৌবা মতমগী য়াওন্দা
নংনা লৈ ওইনা শাত্তদুনা
নৃংগা তেমশীংননিংবগী
খোঙযা উফুল ওনখিবনি নহাক
অওনবগী নোংলৈলক্তা
লৈনম যেনগে নীংদ্রদুনা
তেবা মফোল ওইক্কবগী
ওনখিবনি নংসে চেগী লাইথী ।
নৎত্রগা কবিগুম্বদা
শম্বল ওন্না শিল্লংবদা

তিংখং খুদেকপিখিদুনা
উখিবনি লৃখাকলাগুম ।

লানগী লাইবেন্দ্রী দুর্গা ইমাগী
পাম্লোম তবাদা লৈতেংলিবা
মবোন অহুম্বু লাকশিনবা ঙম্বা
মখল মথেলগী খুৎলায় তবা :
নংগী লৈনমদা শুনা যাওবি
তবাদুগী ব্রাহ্ম্ন্রোকশিং ।
লানগী লাইবেন্দ্রী নহাক্লবু
কবিগী লানশীংনকুগনি
শাদোংফম ওইবা নোংশা মাগা ?

শাৎলুনে নংদি লৈ ওইনা
নংগী লৈনমদা য়াওবি লৈবি
মালেমসিবু উঙহনবা ঙম্বা
নুংশিবগী লীপুন থৌবী ।
যাওবিবনি অমগসু
মালংসিবু তুমহনবা ঙম্বা
নোংথাঙলৈমগী মৈবি অমা ।
তেংথাবগে কবিগী
লৈনমগী শাফু মাঙহল্লগা
অমুকসু কবিগী শীংনবগে
খুদাগী নৃংদুম অমথক্কা
মান্নবা পাঙ্গল অমত্তংগী ?
সিয়োম্মুংগী লৈহীলক্কা
নাউশুমলিনে নোংথাঙলৈমা ।

অদুম্মক শাংলু লৈ ওইনা
লৈনমতা য়েল্লু মিংকুপ খুদিং,
থাঙশাংসু ময়া কুমখিগনি
লিক্লা ওনখিনি মৈবিশিংসু,
উঙহল্লো অমুক পৃথিবীসে
নুংশিবা লৈনমগী শাহ্মলক্তা ।

কবিগী পাল্লুনি হৃগী তিংখং
কবিগী ওইকনি হংগী লাইধী ?
কবিগী লৈশাং তমদবনো নংসে
কবিগী লৈনম লোৎপনো নংসে ?

তাং ১৩।১২।২০১৩ ইং ।

## লৈই অমা

পুল্লিসে
শাংনা শাংনা মাঙদ অসুম
চুমথ্রিং চিংবা লৈইনি
মকোক্কা মমৈগা
অমুক থেংজিন্নবোইদবা ।
হৌখিবা মতমসে
থাংখ্রবা খোঙথাং হায়বা অসে
শীৎতোকখ্রবা তিন্নি
ফনা ঈখৌ লাংদুনসু
তেংথা ঈশৈ শক্কুনসু
চিনবান্দা অমুক লাক্লবোইদবা
খোমজিনবসু যাবোইদবা ।
নীংশিংবগী ৱাতোন্না
ফনা যাম্না কোনথবসু
ৱাখোঙদা য়ৌবা যাবোইদৌবা ।

অবোইবগী চৈখৈনা
ফৈনা অমুক্তং থৎলকপদা
চিংলম্বা লৈইদুসু
নীংশিংবগী মচুদুসু
অদুম শ্বাই মাঙখিদৌবা ।
হিংবগী লৈইদুদা
কাংখুল অমত্তং হকলন্নবা
মমি অমা লৈহৌদুনা
মহৈ যাল্লে পোকচমলগী ।

তাং ৩০।১২।২০১৩ ইং ।

## মোংফম য়ৌবদা

য়েংলুবদা পাম্মুখ্রেদা !
খল্লুবদা নোক্লিংখ্রেদা !
মিবাংগী লাঙ্গোই চলহল্লন্না
তিংখংগী শাযোম চাইখাযবন্না
চৎখ্রেদো মাদি খুবাক তিংনা ।

থৌগল ঈশৈ শরুদুনা
তাংবলথক্তা ঙাঙ্গোইবন্না
কাইবেল কাইজাউ তোংলদুনা
নাপল তৌনা খোঙদোয়বকপা
মোংফমগী শীংগাযবাক মথকসিদা
চাকনিবগা পাংখক ওইনা
চবৈ ফিমুন্নবীবগা
শীংজাওনা শেগাক খাযদৎলিবা
পাম্মুখ্রেদা ! নোক্লিংখ্রেদা !

হে অশিবা !
উদুনতা লৈগে ইমিৎসিদা
হূগী মৈখুসি মূৎখিনবা
মংগাবকপগী ব্রাখল অসে
মবা তাসনু কোক্লুংসিদা ।

তাং ১৮।০৫।২০১৩ ইং ।

## য়াইফ পাউজেল

লানগী দোলাইদা তোংদে ঐ
থাওশাং পায়দে লীকংসু পুদে
হঞ্জিল্লু তেনজৈ নংগী তেন্দোংদা ।
লনগী চৌবোবদা ঐ যাওদে
মিহৌবা পামদে কল্লকপা লৈতে
থাক্লুনু মিবাং ঐগী মিৎমাঙদা ।

পীবন্মু ইবাল ঐঙোন্দা ঙাক্তা
নংগীনা ওইযু যাইফবা খক্তা
ফন্নবো নংনা হাঙলবা তাংবল
পীবন্মু নুংশিবা মদুগী মমল
ইকোক্তা নেক্তুনা কাজখো কৈবাক
খীকলম্মু লৈহী মদুগী লমন ।

পীবক্কে নুংশিবা নখোয়গী খুক্তা
যেল্লককে লৈনম মখোযগী কোক্তা ।

তাং ১২।১০।২০১২ ইং ।

## ঐগী খোঙচৎ

তেলঙ্গা ওইনা পোকলকখি ঐহাক
পাইজখি ঐনা অতিয়াদা
মালংগী ইপোমদা হাইনা হুম্না
ইঙক্তা লংলা অমা কিবদুনা
মায়গৈ খঙদনা অকিবা লৈতনা ।
ঐনা শাউনিংখি নীংতম্না পাইনিংখি
ইঙক্কী দোবীসু থদংকে তেমশীংখি
যাচল লাক্লুবা শগোল অপাইবীগুম ।
অকাউ পবৈ নুংদুদগী
নীংশিং চুমথাঙ খল্লকপা
নুংশিদকো ওম্থোক্লসু।

শাখপ হৈবকপদা শাগল তুফাংনা
পিকশিল্লকখি লংলাদু অসুম অসুম
দোবীসু অদুম্মক কোমথোবকখি,
মশা লোঙলবা উপালগী ফৈবাদা
ওল্লকখি ঐহাক অপোম্না লৈ ।
ঊনাগী নাখল মকমদা চীক্লা
মঙলান কয়ানি মঙখিবা ঐনা,
অয়াকপা কোবৌগী মৈশা য়ৈদনা
য়েংজখি ঐনা চুমথাঙগী কৈবাক
ধ্রুবতবাগী লমদম য়ৌনা ।
মঙলানগী দোলাইদা পাইকই ঐনা
নিংথৌ তুবেলগী তোবর্বান লান্না
ঈথৌ লাংলুই নোংইন ওইনা

থবানমিচাক্কী লমদম অমা ।
তিংখংগী শাযোম কিকবনা ঐদি
লৈশাৎ তন্নবে নুমিৎলৈ ওইনা,
মচু তবেৎকী চুমথাঙগী লিক্লাং
মৃৎখবে নুংশা মঙালদুদা
অয়ুক্কী লিক্লানা কংখিবগা ।

ঙৌনাগী নাখল হাইদোকখ্রবা
লৈনাসু খুইদুনা কেনখ্রবদা
ওল্লকলে ঐহাক অশংবা উহৈ
লূন্নবা পোৎলুম ইকোক্তা থোং
কুবাউ হংলান ইঙক্তা চন
চাংযেং তৌখি তাইবংগী শিঙ্থা ।

কাইনথংদা পোক্লবে
গাড়ীষণ অমুক ওল্লকলে ঐহাক
পোৎপু লেংপোৎ ঙক্তা থোং
পুবি ঐনা লূন্নবা পোৎলুম
চেকতেক নূংতেক মপৈ কযা
মৈখুতনা চমম্লববা
জীপ কাব মানগাড়ী মবক্তা
ঐগী লূন্নবা গাডী
ঐগী খোঙচৎ :
অদুদগী চীংদা মান্দা
হানৌনা থল্লবা লোইজিং লোয়াদা
অশং অমানগী লৌবুক লম্হাংদা
পূক্লিং হূববা মহৌশা খুৎশেম

ঐনা উই অদুবু উদে ।
পোৎলুম্না ননম্রে ৱাখলগী মণ্ডলান
চাকাদি উঙলি পম্মুং তম্না,
ইকোক্তা পুবিবা পোৎলুমসিনা
সনা ওল্লকপা ঙাইবদুনা ।

পঞ্জিবমদাই যৌবকপা মতম
ৱাংলুবা ৱাতোম্না কোম্বকপগুম
নোম্বকলি উখোঙ–ৱাখোঙদুদা
যেলহৌঙৈগী খোঙ্গুল্লক্তা
মমি যেংল যেংলদুনা,
নীংশিং শাইগুপ শাযকুবগা
ওইবক্লে ঐসে নৌহৌননা
সিযোনুংগী অঙাং নাৱা ।

ঐগী খোঙচৎ ! ঐগী থৱায !
নুংশিজে ঐনা কয়াগী মতিক,
অমম্বনা থোঙজিন্দা লেপ্লদ্রিঙৈ
কোনশিল্লি নংবু পাম্মুজনা
ইথানুংদা য়াম্না চেৎনা
চেৎনা চেৎনা য়াম্না চেৎনা ।

তাং ২৫।০৪।১৯৯৫ ইং।

## লম্বীগী চৈশু

ফক্লাংগী লাইশিংনা লীবা ৱাবী
মন্নবা পুন্সিগী কাখুনুংদা
ঙালহন্নখি ঐবু মিংকুপ অমা ।

মিবাংনা পীবা ঈগী মহাউ
অবংবা মচুগী কুবাংবান্দা
মমহন্নখি ঐগী পুন্সিগী মৈবা ।

চুমথ্রিং চৎলুকো পুন্সি নং
অচুম্বা চৈশুতা পাযবদুনা
পজেং থেৎনবা পোলোইদুদা ।

তাং ০১।০৫।২০১২ ইং ।

## শক্লোন অনি

নীংশিং যৃম্নী অমখক্তা
য়াংলবা পাক্লবা মমায়দুদা
য়েক্লুম্মী চাউনা মচুসু শঙনা
খুৎশা তবা তিংথোকলিবা
বুদ্ধ অমা যিশু অমা ।

যৃম্নীদুগী মখোঙদুদা
মখোঙগী মরু লেম্ফুদুদা
হক্লুম্মী পীক্লা ময়েক্তি লানা
খুক্তুম চেংনা তাশিল্লিবা
বাবোন অমা কংস অমা ।

তাং ২৫/০১/২০১৪ ইং ।

## মোংলকপা ঝাখল

থোঙ্গাল হেক লাল্লুবগা
নুমিৎনা মশোং কাপথবকপগুম
শবৌ চামা চামনা
মতু ফ্রং ফ্রং কাপশিল্লকই
ঐসু তিংখং পাল্লু হায়না ।

নাইতোম ঈচিক হল্লুবগা
গঙ্গোত্রি ঈফূৎ হৌবকপগুম
কোক্কী শিংলী নাউবীশিংনা
ঈবা জব জব খীকথবকই
ঐবু বুদ্ধ ওল্লু হাযনা ।

খৌশাদুনা অসুম যেংলুবগা
ঝাখলসে লূপথ-লূপথবগা
তিংখংগী ময়োন চোংদনবা
ঐদি অসুম লৈনিংলক্লে
হৈবোং মনুংগী তীল ওইনা ।

তাং ২৩/০১/২০১৩ ইং

## অনৌবা খুঙ্গং

ঐখোয়গী খুঙ্গংদা লাক্লম্মী নোংমা
মশক উদবা মমি অমা
ইমানা কৈথেল কুপ্পকপদা
ঙাক্সাক্তা তোংলদুনা
তবাম্না ওকখি মৈবা মঙালনা ।

ঐখোযগী ইচেগী ইচনগী
তখেল্লে নাচোমগী লৈনমদা
ওল্লকখি মিংশেল মমিদুনা ।
মিংশেলদুগী মকুমদা
ঐখোযগী ইনাওনিপানা
ওল্লকখি অতোপ্পা মমি অমা ।

অখাক অবাওগী নোংলৈ 'মদা
মিংশেলদু কাযথবা তুংদা
শিজ লাইলোৎপী শাকুবদগী
শিজ লাইওইবী ওল্লবী
লৈমন চল্লবী ইচেনা
কুচু থোক্লববী ইমানসু
হীক্লা তেংথা নাওইবম্মী
মমি ওনবসু ঙমহৌদনা ।

কুইববগী তুংদা নোংমা ঐনা
ঐখোযগী খুঙ্গংদা হল্লকপদা
মচু হোংলমলে থাইনগী খুঙ্গং,
মমি ঙাক্তনা থল্লবা
লৈবল্লে অনৌবা খুঙ্গং অমা ।

তাং ২৬।০১।২০১৪ ইং ।

# নুমিদাংবাইরমগী ঈশৈ

কয়াদি শাংলক্নে খোঙচৎ অসে
যেন্নীংথাগী মেঙলবা নুংশা মঙালদা
ঐনা খনখিবা বাখলগী মঙলান
ঈচিক হুল্লবা অহিংগী তাংলৌদা
ময়োন চোংখিবা পৃক্নিংগী লৈপোম
লৈহৌবে তামহৌবে মৃৎহৌবে লোইনা
অমত্তসু কেকু ফোঙঙমদনা ।
মাঙগী লম্বীদি তেনশিল্লকলি
অমম্বগী মমিসু যৌশিল্লকলি
অসুম অসুম নকশিল্লকলি ।

অঙনবা অয়ুক্কী স্নবঙ্গা মঙাল
তবং মালংদা পান্দম খঙদনা
চেনখিবা চোংখিবা কপখিবা নোকখিবা
যৃখিবা তিংখং খাঙখিবা চৈনা
উববোই লাক্লবোই অমুক হন্না ।
নুমিদাংবাইবমগী মালংদগী
নীংশিং খোঙ্গুল লীকৃবদা
হৌথ্রবা খোঙচৎকী মমি পৃন্না
ঙসিদি কয়াদা শুক্ষৎখ্রবা ।

তুবেলগী তোবর্বান্দা হৌবিবা উপাল
লৈবাযগী মযিদা মক ফৃক্লবা
হুন্দোকখাক ওইববা চুকৃপ মতেক
মৈখুতা ঙায়ববা মৈচাক মৃৎলবা
হৌথ্রবা পৃক্নিগী চেনা হাংদুনা

নীংশিংবনা শাযগুপ শায়বগা
পূক্লিংগী খৌবাংবা কোকহন্দুনা
লৈকংলাগী উটকুম খোঙশাল্লিবা
ঐগী খোঙচৎ ! ঐগী পুন্সি !
ও : কয়াদা নুংশিপ্রবা !
পাম্মুইদকো পুন্সি নংসে
পুখিগনি ঐনা নংবুদি
ইথানুংদা চেৎনা কোল্লদুনা
খোঙচৎসিগী চৈখৈ চিংদ্রিফাওবা ।
বিন্দু অমতং নমদ্রিফাওবা ।

মূৎখ্রবা পুন্সিগী খোঙ্গুল লীদুনা
লিক্লাংগুম চোইনা কেলহৌববা
ঐগী মঙলান মচেৎশিং
পাম্মুখ্রেদকো ওহ্লোক্লসু !
শাফোঙলকখোকো নখোয অমুক্তদি
অমম্বনা থোঙজিন্দা লেপ্পদ্রিঙৈ ।
চৎলিয়ে ঐদি লেঙগুম শাঙমদনা
অনৌবা য়েন্নীংগী ঈখৌতা লাংদুনা
মূৎলমদাই থাউমৈগুম ঙান্ননবা ।
অকাউ পবৈ চনঙমদ্রবা
হৌখ্রবা পুন্সিগী খোঙবুখোয়শিং
নুংশিদকো ওহ্লোক্লসু !
শাউনখিবা খৎনখিবা চৈনখিবসু
ঙসিদি কযাদা নুংশিখ্রবা !
লমন তোল্লি ঐনা নখোয়গী ।

নুমিদাংবাইবমগী নুংঙনবা মালংসিনা
শাহুমলল্লবদি আ : নুংথিলদসু
তবংলমগনিকো কোবৌ মাসু
লৈচিল নোংফাই কবিসু থাংদনা ।
য়াখলসে অসুম্না 'সুম ওইবল্লবা
অঙাঙবা নোংজাবী মপৈ মপৈসু
শাৎলমগনি গুলাপ লৈরাংগুম্না ।

অসুম অসুম অসুম্না ঐদি
হৈনিংদ খোঙথাংদা তন্দে মান্দে
নকশিল্লকলি পোলোইদি অসুম অসুম ।
মৈবি থোক্রবা ধুপকী থাউমৈ
ঙাইবি য়াহিপ্লবা পোলোইগী ওইনা,
খোল্লেন তুমখুম তানখিবগা
অমংগী যাইথোঙ কূমথ্রগনি ।

মমি শামখ্রবা চুমথাঙগী লিক্লাং
যৌবক্লো থুংলবো থম্মোযগী থোঙজিন্দা,
কংখ্রবা যেন্নীং মূৎখ্রবা ঈশৈ
থোবক্লো শাৎলবো লৈকা ফন্না ।
শিঙ্গুবকপা মিৎকী পি মবীক্লা
খীক্লগে চাইবগে লৈকা খুদিং
অমম্বনা চৈখৈ চিংথ্রিঙৈদা
মূৎলমদাই থাউমৈগুম ঙাম্নবা ।

তাং ৩১।১২।২০১০ ইং

## মহৌশা লাইরেম্বীদা

হে মহৌশা, নুংশিবী ইমা !
শাৎকায়বো নংগী নুংশিবা থম্মোয,
লমজাও খোন্না চাকলকপা মৈবি
মূখৎলো ঈংহল্লো লাইজ ঈবীক্লা ।

কল্লক-মিহৌবা যেক্ল-তিংখং
উদে কবিসু নংগী খোঙচত্তা,
খোযবাঙ-খোযশাউবা হূগী মৈবি
লৈতে কবিসু নংগী নাউশুমদা ।

তুবেল ঈশিংগী অঙাওবা ঈচেল
পিবুক ফাখি তোবর্বান অনিনা,
নোংলৈ নুংশিৎকী অকনবা শাফু
নেমহনখি নংগী চীংশাং নাপোম্না ।

রাখলনা লমফৈ চৎলকপা খুদিং
লীজগে খোঙ্গুল নংগী লীক্লমদা,
পূক্লিংনা মৈশা লাংলকপা মিৎকুপ
লূপচগে নংগী নুংশি ঈবেলদা ।

চীংজাওগুম লেপ্লিবা উপালদুদা
যেৎচখি তাংজবী উবীদুনা
নূংগুম কল্লম্বা থম্মোয়বুসু
পেৎহনখি লৈনাগী মতৌগুম্না ।

কৌবক্লি ঐবু খুৎলাম তোয়না
তান্নবা লোইবী চীংশাংশিংনা
চামথোকপ্রে ঐগী মোৎলম্বা থম্মোয়
অচিকপা অহিংগী থাবলসিনা ।

মহৌশাগী নাউশুমদা হৌবল্লি ঈফুৎ
চান্নবা নুংশিবা অঙ্গাংবা থম্মোয,
য়াখলসে লূপথ-লূপথবগা
ওইবক্লে তিংখংসু লৈবাং ঙাক্তা।

হে মহৌশা, নুংশিবী ইমা!
চঙজবি ঐসু নংগী নাউশুমদা,
লম্মেনা লাঙ্গোয চল্লকপা খুদিং
খীকউকো নংনা য়াকচিংগী নোংলিক।

তাং ০৫।০৬।২০০০ ইং

## অরিবা চহিংগা কায়নবদা

চৎলোকো হে অরিবা চহি !
কুমজাসিগী অবোইবা নুমিৎসিদা
নিল্লবে ঙসিদি পিবাংগী শৈবেংনা
শুক্লৎলে ঐবুসু কায়ন–ঈশৈনা ।
নংবু কায়ননি হ্বাখলদা
শাবী শানৌশিংনা তৃম্নিংবা খঙদনা
মিংশেল খাঙলিদো অবোইবা অহিংসি.
থাংনিংদ' খোঙথাংদা নিংথমগী থাজনা
অঙৌবা লৈচিলগী মাযখুমফি উপ্তুনা
নিল্লাগী পিবাং শিহ্ন শিহ্ননা
চৎখবে তামখবে নোংচুপ চীংযাদা ।

লৈহৌবে থাপহৌবে
নংগী নাউশুমদা তামহৌবে
হ্বাকচিংগী উল্লেন ফাইবেলগী লৈচিল
অদুঙৈগী যাওশং থাবলগী জগোয
বাকনিগী অহিং কৌব্রুগী লাইফম
থাংজীং খুভমগী নুংওন–হ্বাবী ।
খোযশাউনবা কালেনগী নুংশা
কোবৌনা নাবল হ্বাযপ্লবা তুংদা
চীংঙু হবাওফম লাইকোন্নুংদা
লমইন পেনাগী শৈহেক ইপোমদা
থেক্ক থেক নৌগ নৌ
লাইবেল মথেক্কী জগোয় তাহ্না,
হ্বাদি ঙাঙদনা তুমিন তুমিন

থম্মোয় অনিগী নুংশি পাউখোং
চৎখ্রেদো কিশি থোকওমদনা ।
অদুদগী নোংথাঙ ইঙাগী নোংজু
লাংবনগী নুংশাদা লৌচি-লৌয়াদা
খুঙ্গং চনুবাশিংগী পোত্থা-রাবী
শবত থতুগী ঈংলবা থাজ
কাইহৌচাউবী মেবাগী থানিল,
মেবা থাউমৈবু য়েংনা যেংনা
পন্থৌগী মাঙ্গোল খোঞ্জোংলাংদা
মাঞ্জ মাগী মপাউ হংখি
পোন্দা যোকপী পোম্বীশিংনা,
মশাবীগী পাউখুম ফংদ্রিঙৈদা
হৌখ্রবোইদো মেবা থাদি ।

অদুদগী নিংঙোল চাক্কৌবা
নিংঙোলশিংনা পবেং পবেং মপাম লমদমদা
কায়ন মৈশা লাংজহৌবা
অদুঙৈগী মশাবীশিংনা
শম্বল মকমদা মীহুৎথোঙ মপান্দা
হংনিংবা মপাউ চিনবান্দা পল
নুংহীক্লখি পিবোয়নখি
কায়ন - শম্বল মকমদুদা ।
পিবাংলক্তা পিবোয়ননা
হৌখ্রে অদুঙৈগী নিংঙোল চাক্কৌবা
ইচে ইনেমশিংগী পুয়া রাবী
শল্লাং কোয়কক্লবিঙৈগী

ফনেক খোয়খা শেৎলিঙৈগী
মপোক ওনখ্রবা নীংশিং রাবী
অদুঙৈগী মতাবোযশিংগী
নীংশিংনখি লৈযোন চোংখি
আ : কুইখ্রবা মতুংদুদা ।
পোইনু লৌবুক্তা অঙীংবা খঙদনা
ফৌবৈশিংনা তুম্বক তুম্বক
লৌতাংশঙ মনুংদা মুশিবা মৈবানা
উইবোন শাবোন তনিক তনিক
ঙাইবি যেংলি মিৎফম হোংদনা
অবিবা চহিনা খোঙশানখিবা ।

চৎলোকো হে অবিবা চহি !
যৈবক্লে তাবক্লে অথাপ্পা চীংনুংদা
শর্জাগী কাংশি খোঞ্জেলনা
লংদাইফম্ন পীদুনা অবি–অনৌগী
গোবিন্দগী শবিক মখোলনসু
যাকাযবোল শব্লকলে অনৌবা চহিগী
খুইথৌ লাবা চিফেঙলক্লে
লাইবেল লাবসু য়াওল্লকলে
ঙাইঙমদা খোঙথাংদা নোংদোল কোবৌনা
থোবক্লনি নোংপোক সনজীংদা ।
অহিং মিংশেল খাঙনা শকপা
কাযনা ঈশৈশিং খোনশিবক্লে
তাংলৌ চূপ্পা ঈফুৎ হৌবা
মিৎলু পিবাংসু পিখমলক্লে ।

পাখং ফান্দা ফমদুনা তুম্বক তুম্বক
মশাবী খুঞ্জা পাখংশিংনা
নুংশি খুদোল ঈবৌ লাংলি
মোম্ন নুজা ওইবীশিংগী,
লৈশা ফন্দা ফমদুনা মোমোন মোমোন
খুঙ্গং চনুবা ওইবীশিংনা
লৈবাং নাচোম পায়না ঙাইবি
মাঞ্জ কনা খোঙদোয়বকপা,
নারাশিংনা খোঙজিন্দা চিবোন চিবোন
খুদোলপোৎ পবেংগা লোয়ননা
লৈচিলগী ধুপ থাবদুনা
যাইফ থৌনিবি হৌখ্রবা চহিগী।

চৎলোকো হে অবিবা চহি!
চৎলোকো হে অবিবা চহি!

তাং ৩১।১২।১৯৭৯ ইং।

*(ঈশিং চাইবী চেফোংদা অতোপ্পগী মিংদা হাপ্লুববা)





# অহৈবগী শৈরেংশিংদা অতোপ্পগী মোত :-

(ক) ২ শুবা লাইবিক "অঙৌবা মচুগী অতিযা" দা :-

"লক্ল-খুৎইগীদমক্তদি অশৈবা জাতিশোব নিংথিনা মায পাক্লে হাযনা লৌবা যাবে। সেন্সস বিপোর্ট, মেলা যেংলুবদা, নোংলাউ ঈশৈনচিংবা শৈবেংসি যাম্নমক চঙ খোল্লি।"

**বি:এস: বাজকুমাব, হুইযেন লানপাউ**

**জুলাই ৩, ২০১১ ইং।**

(খ) ৩ শুবা লাইবিক 'মিবাং অমুং তিংখং' দা :-

"অতেনবা ষ্টেঞ্জাইক পোইম ইবা কবি অমা ওইনদি জাতিশোব তোংব্রমগী অফম অমা মণিপুবী শৈবেংদা পীবদা মতিক চাববান।"

**ডা: শবতচন্দ্র লোংজোম্বা, নহাবোলগী থৌদাং।**

(গ) ৪ শুবা লাইবিক "লোক্তাক শৈখাবোল" দা -

যাম্না অবিবা লোল শিজিন্নবগী ফজবা, যাম্না ড্রামাটিক ওইবা লোক্তাক মশাইকোনগী থৌদোক বাবী লীবতা নত্তনা কবি অসিনা আর্কিওলোজিষ্ট অমা ওইনা অমুকসু হিষ্টিবিযান অমা ওইনসু মহাক্কী শৈবেংশিংদা যোংদোকই।"

**বুদ্ধ চিংথাম, সঙাই এক্সপ্রেস**

**তাং ১০।০৮।২০১৩ ইং।**

"কবি জাতিশোবগী ৱাহৈ শীজিন্নবগী হৈশিংবা থাগত্তবা ঙল্লোই। ৱাহৈগী মকে শেম্বগী হৈশিংবতা নত্তনা মহাক্কী ৱাঙাঙ-শাঙাঙদা অমোৎপা ৱাহৈ শিজিন্নবগী হৈনবী লৈতে তাকপনি।"

**আব : কে : গুনচন্দ্র, পোক্লফম**

**তাং ০৬।১০।২০১৩ ইং।**